# ১

চহী কুমন্না ১৯৪২, মে থাগী তাং ১০ নোংমাইজিং নুমিৎনি। অয়ুকী পুং ১১/১১॥০ য়োম তারকপা মতম ওইবা য়াই। নুমিৎ অহু অতৈ নুমিৎকা মান্নদে, কালেনগী শারবা নুংশা ওইহনম্নু, মাতিয়া পুম্বা তরু তরুই, লৈচিল নোংকাই থাংদে, নোং মরিক অমা চাওবা উদে। মতম অসিমক্কি লেঙলি পাল্লিবা জীব পুম্নমক থো চিন্নবা মতম্নি। লূকমায় ফম্বীনা পোৎফমদা, ছুকান্দারশিংনা দুকান্দা, পুজারীশিংনা চাকথুন্দা। মী পুম্নমক থবক অমা নত্রগা অমদি ভৌনরি। নোংমাইজিং নুমিৎ ওইবনা সরকারগী লোয়শঙতদি হাঙলি।

অম্মা লৈচিল নোংকাই থাংত্রবা ফজরবা নোংদোল অসিদা খঙহৌদনা নোংচুপথংবা মায়কৈয়োমদা— ঙুং-ঙুং, হায়বা অকিবগী মশক ওইরবা মখোল অমা তারম্মী। নুমিৎ খরগী মমাঙদা ভৌবগুম অহল, অঙাং, পুম্নমক শূমাঙদা, শরক্কা, লৈরক-খল্লক্কা থোক্না খুবাং লাইখল তাহুনা নোংথক্কা য়েংখৎনৈ। নোংচুপ-লোমদগী অঙৌবা উয়োক শঙ্গু অমা পাইরকপগুম, পাইরকই এরোপ্লেন মপে অমা ইরুং লংনা। য়েংলিবা মীয়াম্না হায়নৈ,— "এ, ঙলিদি মশীং য়ামগ্রে য়েংবদা য়াম্না ফজৈ। অঙাংশিংনা মশীং —অমা, অনি, অহুম·········। মতম অসিমক্কদা সাইরেন খোংলকই অহুবু কোম চঙনিঙবগী বাখল্দি ফনাম্নু ভৌনরুদে, মশীংতা মথী।

হায়না হায়না, য়েংনা য়েংনা, ইম্ফাল শহরগী ময়ায়মক্কদা

অমুক্তা চপ মান্নবা পুক[illegible] [illegible] মরোল লোন্নরম্বশিংছু শন্দোরক্তুনা মশীং য়াম্না যামথোকখ্রে। লুৎথিব-ত্থগা লোয়ননা তাবদা নাক্কোং লেগা[illegible]। থম্মোয় কাম্বরা মথোপ, অমা তাবকই—মুম থক থক নিকই, যুগাহাবগী হোম্রি, কাংদা। লৈরগা। হিংগদগে খঙদে, পু অ, কোম, ভুবেল, কাঙপ-সুখ মানা মান' লৈরকপা মকমদা লোৎনৈ। এগী চহী যাম্মুগী পুন্সিদা অসিগুম্বা শকক্ম অমুক্ত। উনিদ্রে [illegible] য়াই।

মৈতৈ পুরানগী মা—"পোলাংখোক্ক, ফৌবা [illegible] চোকপা নংলোই" হায়বতুমক চপচনা লোবখি। চখুমদা মৈদি থার পুজারৈদি যাওদে, পোলাং খাক্কা কি কজনা কৌরি লৌশিনবিমবা লৈতে। নোংপোক খংবা মাংকৈসি মৈথুনা পুম্নম মমখ্রে। মীকপ মীরাও খোঞ্জেলতনা পুমনিন নিনখ্রে—লৈরক-খুমক, লম্বী-খোং. মমানা মচাবু খিদে মচানা মমাবু খিদে, থোংমরুবা সুপীছনা মমা'ন পুখিবা অঙ'ছনা মচানি।

হৈহাকং লৈরগা অমুকস্থ অকিবা পাক্ত অমা,— খোম্না পান্দুনা মী মামা শিরে। তাবদা লৈকম খঙদে, নিংইচ অমুকসু তারকপিণ-দবোই। লৈরুবা মকম খুদিংদা হিংগনি থাজদে। হায়নিঙিঙ মতম অছুগী বৃটিশ সরকারসু মিকুপ নাহম য়েংবা থমা মাংহৌই। অসি-ভবা খাংদগী চাওবা খুদোংথীবা অমা থোকপা মাবগী থাজবা লৈমে খঙদবদি নুমিৎ থরগী মমাওদা ইম্ফাল শহরগী অকোয়বসি মী লৈহন্দবা মাবনি। সরকারনা চেকশিনবা মাংহৌবদগী শহরগী প্রজাশিংনা হায়বিঙ্ঙাই লৈতনা মাহন্মি। শহরগী মীয়াম পুম্নমক মাইল ৩/৪ নত্রগা ১০/২০ মুক লাপ্পা মকমদা চৎনবা তারম্মী। লম্বী লমশাও পুম্নমক মীনা ক্রিক ক্রিক ঈরৈ। সুপা, সুপী, অঙাং পুম্নমক পোংমোস অমমমগা লোয়মনা চৎলি। কনা-মা কদাইদা

চংশিনবানা খঙদে। কনা-না মনা কায়নবগী মিকপখোল, কনা অমনা মচা কায়নবগী খোঙ্গেল,— নোংদোল; মালেম, অনিমক নিনথ্রে তেংথা খোঙেলডনা। তথক্লবা পুক্নিং, থূক্লবা থম্মোয়,— মিকপ, মিরাওখোলতনা থল্লবা। মতম অসিদা হিংচাবগী পুকচেল চল্লবা মী কাঙলূপ অমম্ থুদোংচানবসি লৌহৌগদবগী চোংথোরক্লি,— মীগী মপোৎ মুন্দুনা লৌখি, ব্যাঙ্ক থুগাইদুনা শেল লাকুমা চেল্লি, চুকাম-দাগশিংগী মপোৎ মখোয়গীদৌনা কোকথোং কোকথোং থোংগৎলদুনা পুথি। মপূ অমত্তনসু ঐবী পোৎনি মুলহৌগে হায়বগী থৌমাগা লোয়ননা চোংথোরক্কে, মথরাইতবু হিংলবদি হায়বগী আশাদা পূমনক লৈনৈ,— অঙকপা মওংনি।

হায়নৈ, 'প্রলয়' হায়বসি থাক্তদগী অকিবগী মশক্নি, পৃথিবীসি মঙন-তারুবা হোৎনবদা ধর্মগী মায়কৈকোমদগী মন্ত্রগা মীওইবগী থাজবা মায়কৈকোমদগী য়েংলুবগা হায়বা য়াই, 'প্রলয়' হায়বসি ভাটবংপানবসিবু পাপনা য়োংশিল্লকদৌরবা মতমদা মালেম লৈমবু পাপকী খায়াতগী কন্নবা প্রলয় থোক্লিবনি। অসিগুম্বা প্রলয় অসিদা পাপ মথৈ মাঙহনগ্রগা পুন্তগী শক্তকবু থমহৌবনি। অহুদু কুনথবা শতাব্দীদা থোক্লিবা প্রলয়গা মান্নবা পৃথিবীগী অমীশুবা লাঙাও অসিবু পাপকী খায়াতগী পুন্ত কন্নবা, মদুবা পৃথিবীগী মী-শীং অসি ঈশিং ঈচাওবা হেনগৎলপদগী লৈকম লৈরক্তুনা লম শন্দোক্লবা হোৎনরক্লগা! অওইবা অমসু ওইজসনু মসিমদি শোয়ত্রে মহুদি অসিগুম্বা লাঙাও অসিদা মীয়ামা শিবা,— মিলি-টরীদা নতনা সিভিলিয়ান ফাওবা। লানকম ওইরিবা মকম অদুদা অমা অনা য়াম্না মংবা হায়বসিমদি শোয়ত্রবনি,— চাক তাংবা, অচৌবা লায়নাগী ঈহৌ। মতিক চানা হিদাক লাংথক কংদবগী অয়াবা! অয়াবা মথল কয়া লোইবা নাইদে।

ওস্তোকপগী মতৌ নি, 'প্রলয়' গী মতুংদা জীব পুম্বা মাঙপ্রগা ভাইবংপুম্বা ইচিক চিকপঙম, মোম তাপ্রবা মতুঙদদি নিলখোং-লম্বা শহর তুমিম্না লৈপ্রে: পুমচিক চিকপ্রে, অমুক্কা হেন্না অকিবা শককম লৌয়ক্লে। মীগী খোঙেলদি ভাখিপ্রে, মিলিটরী গাড়ীগী খোঙেল, ময়ক ময়ম্ভা। মগ গাড়ীগী তং মান্দে মখোলগা— লোইবে মসিশা সিভিলিয়ান পুম্নমক ময়ুম থাদোক্তুনা চংপ্রে, মখোয়গী মগ্ন-শিং, কজয়বা দলাল, মুমজাও কা মভা, অতেকপা শঙ্গেই,— পুম্নমক মিলিটরীগী ওইহৌরে! অস্থুকী মতিক শেংনা ওইপ্রে মচুদি য়ুমু অচুনা চিৎ-মাম্বহৌবা মপোৎ মচৈ থম্না লৌজগে চঙজবা অচু-কাওবা চঙহনখিপ্রে, মখোয়না শঙবিবা ওইবা তাই, মী অমনা', মীগীম্না, মাগীম্না পোৎ কোকথোং অমত্তং শয়ক্তা পুচুনা চংপদা, মিলি-টরীমা হুংবদা নিংথিনা পাওখুম পীবা ঙম্নবদি করে: মত্রবদি নোংমৈনা মথবাক্তা— ! মীশি অসিদা শিখিবা মীম্ন কনা য়ামথ্র-বনি। মতাঙ অসিমক মৈত্রবাক্কীদি থোইদোক্লা অরাবগী মশক্লি, মরমদি লোল হায়বসি মীওইবগী পুক্লিঙগী রাথল কোংদো'ক্লবগী পাম্বেনি। অচুবু ঐখোয়গী মৈম্রবাক্কী প্রজা অয়াম্বদি, মায়ইক অসো-মদগী য়েংলুবদা পাদল শোল্লি হায়বা য়াই। করিনা? লোমগী পুকৈ রাংপনা, চামগী মনুংদা মঙা ফানা ইংরেজি, হিন্দি বাঙ্গালী খঙদে, থেংনগদৌম্নিবদি আমেরিকান; বৃটিশ, নেগ্রো, ভারতকী সিপাইশিং,— অচুনদি ঐখোয়গী মৈত্রবাক্কী প্রজাশিংগী মরাইবক করি ওইগনি?

মচি থুদিং তোঙাম ভোঙানবা শকফম্লি,— মকম অমদনা চাবা থকপা ঙমদচুনা লেম পানা হুন্দোকই, অমদনা কংদবনা চর্না হেল্লি। থম্না কিগনজবা হৈ-শিংবা মীওইশিংনা সিপাহীশিংগা মরুপ শাচুনা করি'মত্তা মাত্তে, ইংরেজী খঙদে, হিন্দী খঙদে, ময়েক অমা অনিদংবু লোনবা ঙম্বা মীশিং অচুদি মুপী মুপা থায়দে,

ঠিকা তৌদুনা, পোৎ তমদুনা শেল য়াম্না তাল্লি। মতম অদুমক্তি শেলগী মতম্মি, পোৎকীদি মতম নত্তে। লাল তৌরগা শেল য়াম্না চাইপোরকপশিংসু হৌনশা ওইরমাল্লে। অদুগা কংলক্লিবা অদুকী মখেৎ খরচ তৌবসু চংনবী ওইরমাল্লে। খরা চেকশিনলগৌবা মী-ওইশিংনা লাল লোইরবা মতুংদা শেল পায়বা, ইনাকখুনবা মী হায়বসু ওইহৌই অদুগা খরচ তৌবদা হালেংদবা মীশিংনা হ মগী ফিবমদা পোপ তাহৌই।

বৃটিশনা ভারতবর্ষ অপূম্বা লৌশিনবগী অরোইবা লানফম মণিপুরদা ওইখি মকম অতৈদা শোক্লথিবা লাল খিবিক্কী মণিপুরদা শোক্লখিবনা খ্বাইদগী অকনবা লানফম্নি হায়রৈ। খোংজোমগী লাল ইতিহাসতা মমিং চংলি। মৈতৈ মহৌশানা মরিল লৈবা অমসুং মীথ্‌বা পোন্নিঙদবা জাতিনি হায়বসি খোংজোম লান্দাময়েক শেংনা উবা ফংই। মরৈবাক, মজাতি ঙাক্নিঙবদগী মৈতৈগী অকন-অখোৌ, পাওনা, চৌংলেনসনা, সঙ্গোইসনা, থাঙ্গল, টিকেন্দ্রজিৎ সিংহ, অ সিনচিংবা খরা মথরায় কখোকখি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্লাও, বৃটিশ সম্রাজ্যবাদ অমসুং পৃথিবীগী শেঙ্লাও পায়বা শক্তি-শিংগা মীচঙ ওইরগা জাপানগী মায়য়োক্না শোক্লবা লান ওইরবসু অরাং নোংপোক্কী অরোইবা লানফমদি মণিপুরদা ওইখি।

জাপানসু পৃথিবী পূম্বা জয় তৌরগা মখোয়গী সম্রাজ্য অমা লিংখৎকে খৌরাংবনি। লাল অসিদা ভাবোক ওইরিবা ঐখোয়গীসু রাখল অমদি লৈজরি, জাপান্না ওম্লগা মখোয়গী মখাদা সুংঙাইনা পানবা, মসিমক্তি কুইনা মকম অমদা লৈরকপদা অনৌবা অমদা হোংনিঙবগুম্বনি। তশেংনা হায়রবদা জাপানগা থুৎশম্লনা চৎলগা ভারতকী নিংতম্বা ফংহৌগদবদি নত্তে, মপু হোংবতনি, ঐখোয়গীদি মহৌশাগী মহৌশা—মীনায়নি। অদুবু য়াম্না থাজবগা লোয়ননা সুভাশচন্দ্র বসুনা ভারত জাতীয় লাম্মী শেন্দ্রগত্তুনা জাপানগা

লোয়ননা বৃটিশকী মায়োক্তা লাল থেংনরগা ভারত নিঙ থা তমনবা কোৎনপন্দি হায়বগী অচৌবা থৌরাঙ অমা পায়খৎনবা অসিদি থা-গত্তবা ওমদে। থবক অসু মপুংফানা মহৈ য়াৎবমক ওমত্রবস্তু স্থু-ভাশকী থংমোয়রা, শিংলিদা, ঈদা, চুরিবা মনিঙতম্বী য়াথল অচুদি এঁখোয়না হৈদৌহৈরদনু কাউবা য়ারোই। জাপানগী লানতম্নু অঁতকপনি মায়হৈ মখিদগী কোয়না ফুজিক্রকপনি, নোংপোক, মোংচুপ, খা, খাং, জাপানিক ভাতনি। জাপানিকশিংগা লোয়নমা লানমিয়রবনা ভারত জাতীয় লাম্নী মোইরাং মৌরপ্লাস্ত অমসুং ভারতকী কিয়াল মুলংনি হায়ত্বনা হৌজিক মোইরাংদা নেটাজি মেমোরিয়েল শারিবসিনি।

জাপানিকশিংশি মীঙ্গ পিবই, মনাতোংনস্ত মন্দি, চাইনিজ-শিংস্ত মখোয়গী শাওং শানানি; হৈহৈত্ত মখোয়গা অন্নানি, মত্তনবা মখোয়বু পাম্মুম্বিবসি। অত্তুরদি ওইরগা চমপ্রা শিঙ্গবস্তু মণ্ডপ হৈদবা হৈনি হায়রগুরনি। মতম অত্তুদা পুবানবী ধারি য়াম্না ডাংহৈ,— 'নোংপোক থোঙ হাংগনি, নোংচুপ থোঙ খিংগনি' মসিমক চুপ্পে হায়নখি জাপানা হৈত্রবাকী অরাবা মতমদা লাকপক্রকপদা। অহুবু তন্ত্রা ওমদে, ঘিকুপ অমগী মলুংদা অতোপ্পা শকুম অমা লৌরকই, মাইবম লোকপতোমবা অপুনবা শক্তিগা জাপানগা অকুনবা অমসুং অবোইবা লাল থেংনরকপদা জাপান মায়খোইত্বনা হনখিবা ভায়ন্দি। জাপানা মায়খোইখিবসি মরম অমতদি নত্তে য়ামশ্রে, লাম্মী-শিংগী চাহরা থাংলকপা, খুংস্তু খুৎলায় য়াংলকপা, খোঙবা শাংবা চুংলকপগী অরাবা. লকোদা লাম্মী থবা অমা অমুক থাঙখতনা শিবা ভাবকপা অসিনচিংবা মরম থরশিনা পুনশিল্লকনা মায়খোইবা ভাখিবনি। চুল্লগী মুম চোংবঙম মপোৎ মহৈ য়োমশিল্লগা হনখিবা নত্তে, আশা চাউনা লাক্লগা, পুরমক মাঙ-ভাক্লগা হমখিবা ভাবনি। অমা অপুম্বা কাংলবদা উপায় হৈনরক্তনা মহৈৎরা অপুনবা শক্তিদা লাল তৌজররোই হায়না চঙবা ভাখিবনি।

# ২

অনিশুবা লাণ্ড্রাও হৌগৎলকপদগী হৌবা মণিপুরদা মীচেল যাম্না চঙলকপা হৌখি, কবোরোমদগী, আলামলোমদগী। চেন্নক্লিবা মীশিং অছু খয়দা খোঙ লমীয়েংবদা চংখিহুনা কাবাযোয়দা চংখি, খয়না মণিপুরদা থবক ইনথাঙ শুহনা লৈহৌই। মতাঙ অসিদা লূরিবা যাকমদি মণিপুরদা মীচেল মশীং যাম্না লৈয়কপসিনা চিঙাক যাম্না তাঙবা তাখি খোইদোক্লা চেং, কৌ। মী-শীং হেমগৎলপগী, মচুংইয়া লমদি পাকথোরকঙ হায়বা যাবা নত্তবনিনা, অহুনদি পোৎ চৈ তাঙবা হায়বসি মশানা তাবা যানি। লাল মনুঙনিনা লৌ-উ শিং-উবগী থবকশু মহৌশাঙম নিংখিনা চখবা যাদে, অহুনদি খোক্লিবা পোৎ খয়া অহুদা মমল হেন্না লৌবা হায়বসি লোয়ত্রবনি। মিলিটরি যাম্না লৈরবনিনা শেলদি হোঙলে পোৎ ভাঙজরবশু।

মহৌশাগী হুপীশিংবা খাইনবল্ল কৈথেল্লা মথা থাহুমা পোৎ যোমবগী মঙং অছুদি লাল মনুঙদদি থয়াদি বাৎলে হায়বা যায়ে, মহুগী মহক্তা মিলিটরী কেম্পতা পূম্না পূম্না পোৎ তরনি। মতম অসিদদি ইস্কালগী মী অয়াবা লবায় খোবাবদা লৈনয়ে হায়বা যারে: মমম অহুবা মচি খুদিংদা কৈথেল কানবা হৌনরে। লাল মনুংদা কাহৌবা কৈথেলশিং হৌজিক কাওবা তত-তাবা কাহুনা কৈথেল ওইনা লৈহৌরি, মসিশু ঐখোয়দা লাম্না পুম্নকপা অতমবা নত্তে হায়বা হুয়োই। খোইদোক হেন্দোক্লা কায়বা অমদি লবাই ইস্কাল থায়দবগী বাখল অমা লৈহৌবসিনি, লাল মথাঙদদি লবায় ইস্কালগী খেরবা বাখল অসি কনা নিংখিজনা লৈরমী হায়বা যাই। লাল মথাঙদদি ইম-কালদগী মোইরাং নম্বপা কক্চীং চংপা তায়বদি হুবিৎ-বা মেংহুনা চৎনবা তারপদি মরমদি হুমিৎ নি-নি, হায়ি চঙনা চংপা

তাপ্লম্বনা। মতম অতুদদি হৌজিককুম্না বসনচিংবা লৈরমঙবনা চৎপগী য়াম্না খুদোং থীরম্বনি। অদুবু লাম মমুঙ অসিদদি চত্তবা য়াদত্তুনা চৎথিবদগী ইম্ফালগী মীগা লম্লায়গী মীগা অমত্তা ওইনা তিল্লত্তুনা লৈবা তাখি।

অম্নম্না লম্লায়-ইম্ফাল অনি পুন্না লৈমিন্নবা অসিনা এরেথোয়দদি অচৌবা কান্নবা অমা পীখি হান্নবা য়াই। ইম্ফালগী মীওইশিংনা পুন্নকপা অনৌবা মওংগী পুন্সিদু লম্লায়-থৌন্নাইদসু পীরম্মী অদুবু চীংয়া-তমন্নাগী চম্নবা, ঈংলবা পুন্সিগী খোঙ্কং অদু মাঙ্খিবদি নিংঙক্লোই। চাওখৎপা হায়বা অসিমক্তবু জাতি অমগা অমগা জ্ঞান পীথোক-পীশিন তৌনবা, লৈবাক অমগা অমগা তাথোক-তাশিন তৌনবক্তনা পুন্নকপা ওম্বনি। তোঙানবা লৈবাকশিং অমসুং জাতি-শিংমক নত্রবন্ন, এরেথোয়গী লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি ঈ-পাক্ত ফাওনদবা অমসুং লম্বী-থোং ফত্তবনা মরম ওইত্তুনা, লম্লায় অমসুং ইম্ফাল হায়না অনি থোক্না ফজনা খায়দোক্তুনা লৈরম্মী। অদুবু অনিগুবা লাপ্পাওগী মতুঙদগীদি অদুগুম্বা খেন্নবা অদু মজনা লাওথে হান্নবা ম্নারে। ইম্ফালদগী মীচেল লাকপনা মরম ওইত্তুনা লম্লায় ইম্ফাল অনিগী মফুংদা চারো মোরোনহল্লে, মসিনা তুংকাওবা থানবা য়াম্নবা মম্নী অমসু থনম্লে। ইম্ফালদগী লাকপা লাইব্রিক লাইগুগী জ্ঞান খম্না কংজরবা মীওইশিং খম্না মহৈ মশিং তম্বগী কান্নবা খম্নসু উৎলম্লে। মসিগী মমাঙদা লম্লায় থৌন্নাইদা স্কুল শঙ লিংত্তুনা মহৈ মশিং তম্বগী থৌন্নাং লৈরমদবদি নত্তে, অদুবু মতম অদুদা লৈরম্বত্তুদি ম্নাম্না অনেম্বা থাকী ওইনা তৌরম্মী হায়বদি এল, পি, অমসুং ইউ, পি, ফাওবগীতা ওইনা তৌরম্মী। কনাগুম্বনা হাইস্কুল ফাওবগী মহৈ তম্লিঙবা তারবদি ইম্ফালদা লৈত্তুনা তম্বা তাম্লম্বনি। অদুবু লাল মতুংদগীদি হাইস্কুলনচিংবা কয়া লিংখৎমত্তুনা হৌজিক্তি কলেজ ফাওবা লৈনম্লিবসিনি।

অমরোমদা অস্তুম য়েংলগা লানগী ইরাং অসি অহুল-অঙাং অনিমক্তা চপ মান্নবা কাওই হায়বা য়াই। পিক্লিবা অঙাং অমনা ফাওবা শেল তানবগী মওং অসি কজনা খঙই হায়বা য়াই, মহুদি অঙাং অমনা লকোই-লফাং অমা নত্রগা য়েরুম থয়া পুহনা মিলিটরী কেম্প অমদা চংপদা নোংমগী চয়াদি কজনা তানবা ঙম্মি। মতম অহুগী পোং লৈবা য়োনবগী মওং অহু উরুয়গা মমাঙৈগী পোংকা পোংকা শিন্নবগী মওং অহু নিংশিংলকই। তৌবগীস্যু মতম অহুদদি পৈশাদগীদি পোংকা-পোংকা শিন্নবনস্থ হেন্না খুদোং চাত্রা হায়না খল্লি। মতম অহুগী মিলিটরীগী থাইদগী তোঙবা পোত্তি চা, চিনি, শঙ্গোম কৌটা, ঙা কৌটা, অহুনা মখোয়না পীথোকপস্থ থোইনা পাম্মুরুদে, মরাং কায়না লৈবনিনা। মখোয়গী থৌওং অসি য়েংলুরগা সিপাহীশিং অসি ভশেংনা মরৈবাক নিংবা অমস্তং মরৈবাকপু হেক্রবগী মখুত্তা কন্নবা হোৎনরিত্রা হায়বত্ত থোইদোক্লা চিংনিনিংঙাই ওইবা য়াফমনি। তৌবগীবুদি বৃটিশ সম্রাজ্যগী দি ভারতবর্ষ মাঙখিবদা লোইনা মাঙলবম্মি মরম অহুনা মখোয়গী লোই লৈবাক অসিমা কন্নবা হোৎনবা হায়বসি মরৈবাক কন্নবা হোৎনবদগী হেন্না কন্না হোৎনরম্বা য়াই। অহুবু সিপাহীশিং অসিদ অয়াম্বনা অনেকপা ওইবা মরম্না বৃটিশ সরকারদা ফাওরিবা রাখল অহুমক ফাংরমগত্রা হায়বসি চিংনিনিংঙাই ওইবনি। মসি সিপাহীশিংগী রা-ঙাংদগীস্থ থয়া মখৈদি খঙবা ঙম্মি,—"হয়েং শিনি খঙদে, হংচিং শিনি খঙদে, কংলিঙৈদা চাহৌরো, থকহৌরো, লৌহৌরো" হায়বসি অয়াম্বা সিপাহীশিংনা হায়নৈ। অহুনদি মখোয়স্থ লান তৌবসি কয়া পামজদত্রা, মীগী মচাক চারুবগী তঙায় ফদনা হেনকত্রহুমা লান চৎপা ঙাহিত্রা হায়বসি থমনিংঙাই ওইবা য়াকম্নি।

অয়াম্বনা থবৈ, সিপাহী হায়বসিদি মী-ম্ব শি খঙদবা শাহিংচাবা জীবগা অম্মানি। মসিগী রাখল অসি ভশেংবদি অয়ানবনি, অঙাং উয়গা অরৈবা অচা-অথক পুথোক্লনা পীজৈ, পম্মি, হুংশিনা চুপ্পা

অহুনদি মখোয়স্তু মীওইবগী রাখল য়াওদবদি নত্তে। সিপাহীশিংগী মঙ্গুংদা খ্বাইদগী কিনবসি নেগ্রোনি। থবম অহুনস্তু শিনদবা য়াদবনি,—মুবগী জাত্তা করিগা প্রমাণ তৌগনি হায়রকম থওদে, মশমহুনা তপ নপ্পগা অমুকস্তু খোইজুলাই-চুবনি। মনাতোন্দু চুম্নগী নম্বদা নত্তনা অমুকস্তু মথুন্দু উচি চঙবা য়ানা লাওক্লিবনি, মহুগী মথক্তা খ্বাইদগী শাথীরিবনা ইরোল-মরোল থওনদবা, মখোয়বু কিবগী পান্দমদি অতৈ অমুক হায়নদ্রে,—"মী চায়" হায়নখ্রে। নেগ্রোদি 'মী চায়' হায়বসিনা অঙাং অমত্তনা মখোয়বু উবা য়াদে কোইলোৎ-লোৎলি। মমাঙৈদা অঙাং কপ্পা থেম্বদা তপ্তা লাক্‌ষ্ট হায়নবস্বত্ত, নেগ্রো লাকত হায়নথ্রবনি। ভূগোলদা আফ্রিকা হায়বসি জঙ্গলনি,—শা, কৈ, য়াম্না লৈ, লৈবাক অসিদা লৈবা মীদি চাওখৎপগী মঙাল ফংদে, অসিনচিংবা রা কয়া থেংনৈ। অদুমা মখোয় অসিবু থেক উবদা অকিবা অমদি পোকই। অহুবু এশোয়না খল্লগা অসিমক চুম্লব্রা হায়বহুদি নত্তে। মখোয়স্তু মীনি, মীনুংশি ওংওত্তি, অশোন-অনা উবগা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংই, অঙাং উবগা পমজৈ, পীজৈ, মখোয়গী খেম্পতা পুহনা চৎলি, চোং ফন্দুনা কয়া শান্নমিন্নরুরগা ময়ুমদা অমুক থিনবিরকই। অহানবা থেংনবদা মখোয়বু কিরিবসিগী মরমদি, মখোয়স্তু অনৌবা লম অমদা লাকপনিনা খওনিওবা অমস্তুং য়েংনিঙবগী ময়াইনা ইঙাও-ঙাওই, ইথক-থকই, কোয়চৎ-চৎলি। থুল্লক-লৈরক মখোয়না য়োনবা লৈতে। নৌরিবী শানোশিংনা মখোয়বু উবগা কিজবনা কোয়লোৎ-লোৎলি, মহু উবগা মখোয়না অমুক্তা হেন্না হরাওবগুম লক্লবা হেল্লি। তৌবগীদি মখোয়সি এখোয়না থোইদোক হেন্দোক্লা নুংশিফম থোকপনি, মরমদি, ময়ুম-মকৈ, শাগৈ-নাতৈ, নুংশিজবা নুপী—অঙাং পুন্নমক হুমদোক্লম্লগা, অশিবগা মায়োক্লবা লাক্লিবনি। কয়াদা তোনগ্রবনো মীগী মথা পোনবা হায়বসে!—হোই; মাই, হায়জনবগী অধিকার লৈতে—চৎলু হায়বা মফমদা চৎপা, চাও হায়বা পোৎ চাবা নত্তনা। করিগুম্বা শিথিবা থোক্লবদি

মরম্নাই ওইনা তোকপা তাবনি,— মাগী মোংকমদা কনাগী চুংশি পিরাং অমতং খিকপিরম্লোইদবনি, নিঙশিং ফুরা অমত্তম থিনবিরম্লোইদবনি,— খল্লু দা থোইদোক্লা থম্মোয় শোকনিঙঙাইহিবি। অমরোমদা মপূ শাবশিংগীদি মোংকমদা. নুংপাকশিংদা মযেক লানা ইবিক্লনা নিঙশিং খুদম থম্মরি। ইম্ফাল সহরগী ময়ায়দা লৈরীবা কবরখানা হায়না খঙনরিবা মফম অসিদা লৈরিবা সাহেবকী মমিঙশিং অাস মশীং থীবা রানা লৈরীবনি। অদুগু মরক অসিদা কম্রম্বা মেগ্রো অমগী মমিঙ মাওরমগদগে খঙদে। অ'সঙুম্বা মথোয়গী অয়াওরম কাবা অসিনা হেন-মমবদগী মখোয়না ভম্রত্তা শানা পম্বা য়াদব ওইরমগনি। অদুবু পূম্নমক নিঙবা থুংদবগী অদুক মহাক্কবনি, পুন্সীদ লোইখি,— অদোবশীসু রানা, তুংঙাইংগীসু তুংঙাইনা।



মতম অসিমক্কী রাখলসু ওন্থোকপা ঈচেল অমনি। মী পূম্নমক্কী পুন্সীসি পল্লেপক্কম খঙদে. ইতাও শাউবগুম তৌই,— ঙসি শিগদ্রা হয়েং শিগদ্রা হায়বগী রাখলতনা খুত্তম চল্লি। অদুনা মচি ময়া খুদিংদা ক হৌরোই হায়গী মতাগুম চরাউ তন্নামগী খোম্মেল, পুং ইশৈ জগোই,— কাউহল্লি অশি-অনাগী রাখল। মৈত্রবাক্তি মহৌশাদগী ফাওই, মহাক্কী কলাগীদমক, অমুক্কা হেনখ্রে, লাল মনুংসিদদি। লাল মমাঙদা জগোই ইশৈগী থোইনা ফাম্নকম খঙলমদে হায়বা য়াই। অদুবু লাল মনুং অসিদদি হীরম অসোয়দা অহক্কী মতীক চাওখৎখ্রে মহুদি কনাগুম্বদি কলা অসিনা শিনকম ওইহুনা পূন্সী হিংবা য়াওনবদগী হেন্দোক্কনা ভুংগী ফাওবা শেল য়াম্না তানশিনবা য়াওনখি। ইশাবু ইশানা মশক খঙজদবা হায়বসি

মহৌশামি, অয়েংবশিংনদি কল্পনা খঙবি। মতম কুইনা মশক খঙদনা লৈরম্লবা ঐখোয়গী মমল য়াম্লগা ইরনসি মীরমগী মমাঙদা পুথোক-পদনি পুম্নমক্কুগী অথোইবা ওইরম্লে। অহৌং অমদা লূপা লৌশিং অমা তানবা হায়বসি ওস্তোক্লা লায়না থোকই,— মিলিটারী কেম্প অমদা।

লাল মমাঙদা লৈরম্বা জগোই-ইশৈগী মশক অহুগা লাল মমুঙদা ওইরক্লীবা অসিগা কয়াদা খেন্নথ্রবনো! মতম অতদদি জগোই ইশৈ তৌবশিংবু ওক্কশীংদা চনবিরম্মী, সমাজনা ভুকচবা মিৎয়েংনা য়েংবিরম্মী, সমাজদা জগোই-ইশৈগী মকম লৈরমদে হায়বা য়াই। অহুবু হৌজিককী মতমদদি জগোই ইশৈ হৈতবা য়াদবা মতাঙ অমা লাক্লে মুপীদগী হেন্দোক্তনা মুপা ফাওবা হায়রিবা কলা অসিদা থরায় লুপ্পরক্লে। মসি নোংমা-নোংমগী ঐখোয়গী সংস্কৃতি অসিবু মশক খঙবা হেন্নগংলকপা অমসুং মগুণ হেনগৎলকপগী খুদম্নি। মৈত্রবাকী মীওইশিংনা মশানদি হায়জে, থৌনা কবা জাতি'ন শক কজবনি চাওখৎলবনি, অহুবু মপানগী মীওইশিংনদি মখোয়বু খঙিও,— জগোই ইশৈদা থরায় লুপচবা জাতিনি, অহুনা মৈত্রবাকপু করিগুম্বা মতমদা গান্ধর্ব্বগী লৈবাক্কি হায়নৈ। হৌজিক্কি মণিপুরী জগোইনা পৃথিবী শীনখ্রে, চুম্নতা শীনবা নত্তনা মণিপুরবু মশক তাকপদা মরূ ওইবা মচাক অমা ওইরবনি। হৌজিক্কি চীংবুরোই তম্বুরোই অনীমকসু মখোয়গী অথোইবা সংস্কৃতি ওইরবা জগোই অসিগীদমক চাউথোকচরবনি। হৌজিকমক ঐখোয়না চাউথোকচ-নিঙ্ঙাই ওইরিবা জগোই রাস অসিগী হৌরককমদি লাংথবাল কোম্নুং হায়বদি হৌজিক কাঞ্চীপুর হায়রনা খঙনরিবা মকম অসী-দগীনি হায়নৈ। মরমদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌরবা মতুঙদা মুমিৎ মণ্ডানি তুপ্পা মকম অসিদা জগোই রাস শাম্লখি হায়রি। মীওইবা হায়বসি জাতি খেন্নবগী মতুঙইন্না রাখলসু খেন্নবা তাই, ঐখোয়গীদি অমুক শেংবা তীর্থ মকম অমা ওইরবা

লাংথবাল কোনুং অসিমু লান মনুঙদদি মকম অসিদা বৃটিশকী খ্বাইদগী চেকশিনবা অমসুং চৈরাক কনবগী জেল খানা ওইখি। জগোই রাসকা জেপ থ'নাগা অনি অসিগী বসতি কয়'দা খেন্নথ্রবনো!

অসেঙ্গুবা রাখুন্দ অনি তিন্নবা য়াদবগী ঈচেল অসি মাগী মাগী সভ্যতা খেন্নবা অমসুং সংস্কৃতি খেন্নবদগী থোরকপনি হায়রবনা চুমগনি। নোংচুপকী জাতিশিংগী মকমদদি লাইকম-তিনথমগী রাসি থোইদোক্লা লৈতে, মথে'রদ'দ মকম অদু খুদোং চাবা চাদবগী মতুং ইন্না মমল লেপ্পনি। মদুগী খুদম ঐখোয়না তত্তনা উবা ফংখি। মখোয়গী খুদোংচাগদবা লৈয়বদি ব্রাহ্মণগী লাইশঙদা লৈরিবা লাই ময়াম অদু থাংদোক্লগা মখোয়গী চাক-খুম ওইনবদা কল্লিসু অকায়বা লৈতে। লাইশঙগী লাইশিংগী মরক্তা ঐদি জগনাথজিনা খ্বাইদগী হেন্না কিজে. মতিক. মগুণ মখোনা য়াম্না লৈবা মাল্লি, হেক য়েংবদা জগংসি মাঙহনবা নত্রগা শেমগৎপা ঙমগদবোক্তে লিংই। অদুবু অঙোবা জাতিশিংদদি ওন্থোক্লা উশিত্তনা তৌবৈগে. ফজনা থাং-দে'ক্লগা মখোয়না শিজিন্নশিনবা মও দা অদুম শিজিন্নৈ। জগনাথজিসু মখোয়বুদি থঙদবনি নত্রগা মপাঙ্গল লৈনা জাতিনি হায়বা খঙহুনা ঙাকপিবা নত্রগা হনবা অমদি ঙৌমাল্লে। অঙোবা জাংকী মী অমনা তৌরিবহু হিন্দু অমনা তৌরুরবদি অহিংদা মঙকশম পায়হুনা নিক্রম্বা কাওবা য়াবনি। তশেংবমক্তি মসি নোংপোক অমসুং নোং-চুপ অনিগী ভাব খেন্নবদগী ওইবা য়াই— নোংচুপকী মীশিংগী মিংয়েংনা পোৎ অদুগী কান্নবা অমসুং কান্নদবগী মতুংইন্না পোৎকী মমল লেপ্পা অদুগা নোংপোকী মীশিংনা থাজবগী মতুংইন্না মমল লেপ্পা। অওইবমক্তি ঐখোয়দি য়াম্না থাজগল্লি, চরোৎ হাবুং কাওবা লাইনি হায়না থংবা ঙম্মি।

লাইম্নিংথৌ খোয়ী কাবগী মমাঙদা ক্ষিজবনা ঐখোয়দি তুবৎ চৎচবা ঙমজদে। অদুবু মখোয়দি লাইম্নিংথৌগী চৌংদা কাথৎলগা লোংমৈ তল্লি। অঙকপনি! মাগী-মাগী থাজবা হাল্লবসি। হিন্দুনা

থাজৈ ধর্ম্মদা, অতৌবশিংনা থাজৈ পোংকী কান্নবা কান্নদবদা। ঐখোয়দি লাইশঙগী লাই পূন্নমক অসি মিৎনা উবা লাইনি, মীওই-বদা থৌজ্ঞানবিবা ওস্বনি হায়না খন্দুনা পোং-চৈ কংলি, অহাও-অথুম-নচিংবস্থ কংলি, অহুতস্থ নত্তনা নুমিৎ খুদিংগী ব্রাহ্মণশিংনা লুক করুনা পেলহল্লি। অদুগা মখোয়নদি চরায়-লায়না পুথীদা থোঙ্গা শাদোকই। মোন শাদুনা খাঙদোকই। অদুনা লান লোইরবগা লাই-পুশিংনা খিবদা পুথীদা খরা, ইমুংদা খরা কয়াদা য়ানা থাংগ্রে। ঐখোয়না থাজ-থাজরবা ইষ্টদেবশিং অদু অমুক শেংদোক্লগা লাইশঙদা শেংনা লেঙশিল্লি। মখোয়গী খুদমদু উবদগীবা করিনো খংদে, চৌজিক ঐখোয় অয়াম্বনা লাইশঙগী লাংসি কয়া থৌ-ওইনরক্তবগুম তৌনরক্লে।

অদুগা খোইদোক্লা ওরিঙাই ওইবা রাহৈ অমস্থ মতম অদুদা শিজিনৈ—"রায় প্রদক্ট" লান মনুঙদা শাদবা থোক্লগা পোং লৈতে—এস, ডি, ও, অভরসিয়ার, ঠিকাদর, মশীং য়ামগ্রে। মমানা পোকচৈদগী য়ুম অমা ফাওবা শারক্লবা নত্রগা শাবগী মরমদস্থ তমলদবা মহাক্লা অভরসিয়ার নত্রগা ইঞ্জিনিয়র ওইনা লৈরম্লবদা কনানো ওক্লোইদবা? মপোকচৈদগী খোঙগ্রাও মশক খঙদনা মগাক্লা লাওরবা খোঙগ্রাও অমগা, পাক্লবা আনোক অমগা, কোর্ট অমুবা অমগা মওং অমদা চংখবা মীকৈ-কাস আনোক মগুঙদা মমিংতু হঙ্গংনা পাঙদুনা য়েংলক্লবদা মহাকপু মহৌশাগী চাউতে স্বীনি হায়বদু কনা-না খঙঙুগনি। ঐখোয় লৈকাইদা লৈবী থরোঙৌবীতুস্থ পুং ৯ দা কুমলক্লগা চাকঈশিং থোংদুনা মচা মশু পীজরম্বী, মহাক অদুনা লেংজুম য়ৌবী না-য়ানবী অমস্থং খিঙুব মরীনা খোইদো য়োনা শিরক্লস্বা, অদুগা মপোকচৈগী খোঙুপ মশক খঙদ্রবী মহাক্লা মখোঙদা ফজরবা খুদোল খোঙঙুপ অমা তোংদুনা লৈরম্লবদা মহাকপু ঐনা চৌজিক মহৗশ গুম্না তরাই-তরাইনা 'থরোঙৌগী' হায়না হেক কৌরুবা য়ারগদ্রা।

খংহোক্তৌবীনা অসিগ্নৌনঃ অরাংবা থাক্তা কাখ্রিবসি মিলিটরীদা শঙ্গোম তম্বদগীনি। মসি অচুম্বনি, মতুগী প্রমাণদি হৌজিক মখোয়দা মাগী হান্নগী শিনকম অতুগী মমি মচেৎ অমা ফাওবা উবা ফংদ্রে। ময়ুমদা শঙ্গোমগী কারখানা লিংখৎত্রে, শঙ্গোমগী পোৎথোক মখল য়ামঃত্রে বেরা; বরগী. রসগুল্লা ............। মহাক্কী থবক অসিনা মুপী ময়ামসু থবক পীরি। নোং হেক ঙানবদগী মহাক্কী শঙ্গোম কারখানা অসিদা মুপী মরি, মডা থবক শুবা হৌখ্রবনি, মতুনা হোরেল পূং ১২/১ ফাওবদি শুই, লোইরগা মাগী-মাগী নোংমগী ফংফম থোকপা অশুমল খরতু পূতুনা চৎখি। শিনকম অসিদগী মহাক্না তাঙ্গবা শেলনা ময়ুম-মকৈ নিংথিনা হৌজিক্কী মওংদা শাগা ঙমখ্রিবনি, মচা-মশু নিং-থিনা মহৈ তমহনবা ঙমখ্রিবনি। মহাক মশাগী কান্নবতা নত্তনা মী খরগীসু কান্নবা পীরবনি। অসুম্না মী পূন্নমকসি শিনকম অমা নত্রগা অমা তৌতুনা মাগী-মাগী ওক্নবা শেল তানশিলহৌই।

অমম্নোমদা করিমতা হৈজদবা মিলিটারী উরগা কিছুনা লোৎপা কাঙবু অমসু লৈরি। মখোয়শিং অতুনা লমশাং কৈথেলদগী পোৎ লৌরুরগা মম্বোল কৈথেলদা য়োল্লি, মতুঙ্‌ মতিকচানা শেন্দোং ফংদবদি নত্তে, অতুবু রাবগী জাত্তি অসিনি হায়নিঙঙাই লৈতে। মখল অসিগী নোম্বাসিনা চাবমখৈদি থুংই হায়রবু থোইদোক হেন্দোক্লা লেমথরক্তুনা মচা মশু শেম-শাবা ঙম্বগী রাকমদি লৈতে। মরু ওইবা রাকমদি মৈত্রবাক অসিদি মহৌশামা শু নোম্বসি মুপীনা খরা হেনবগুম তৌই, মরম অতুনা অয়াম্বা মতমদা অরাবা থেংনবা নত্রগা নোংমগী চরা থিবসি মুপীশিংনা তৌই। মখোয়না মিলিটারী কেম্পতা চৎলি, য়োল্লি, পোৎ পুরকই, য়ুমদা শুনবা থবক হায়বদি ফি-রোল শু-চাম্ব অমসুং ইস্ত্রি তকপা আসনচিংবা। অসুম তিন্নখি-বদগী লোল ফাওবা কজনা হৈরমই। ঙসি ফাওবা ঐখোয়গী পোৎফম ফম্বী ইমা ইবেনশিংনা হিন্দি নিংথিনা হৈবা য়াওরি, মসি থোইদোক্লা তমলুতুনা হৈরকপা নত্তে, মখোয়না অসুম তিম্নবদগী হৈরকপনি।

# ৪

লান অমনা লৈবাক অমদা পুরকপা অওংবা শককম অসিসু ঙক্কবা নত্তে। লান মমাঙগী মৈত্রবাকা মতুংগীথা অনি অসি শাথিনা থেরৈ হায়দবা ঙম্লোই। লোনচৎ, শাজৎ, অকবা-কত্তগা মশীং নাইদে। হোংকমসু থোকপনি, ওককমসু থোকপনি মরমদি মকম কয়াদগী মী কয়ামকুম লাক্কুনা তিল্লে, তিল্লরিবা মীওইশিং অদু লোনচৎ, শাজৎ, অমত্তা মান্নদে। জাতিশিং অদুগী সভ্যতা সংস্কৃতি কয়াম্ন থনম্মী, ঐখোয়গীসু পূন্না চৎখি। মসিমক্কসু অওনবা পুরকপগী মরম অমা ওইরকই।

মিৎনা উবা অওনবশিংগী ময়ুঙদ, ঐখোয়গী লম্বী-থোং পংবা য়াই। লান মমাঙদা লৈরম্বা মৈত্রবাক্কী লম্বী-থোং থল্লুংদা অকিবা তুজুংবা পোকই। হৌজিকমক নেসনেল হাইরে ওইরিবা লম্বীশিং অসিমক মতম অদুগী কোলাশতি উফুল অমসুং লৈখোম্না ওইরম্মী। ইকংথাবা সড়কশিং অসিদা বস নত্রগা ট্রক এমা চৎখিদে। উফুলনা লম্বীদু মশক উবা কংদে। কারিগুম্বা থবক অমগীদমক মফি-মরোল থুরা নাম্না লাকচবা মীশিংদি লম্বীদগী য়াম্না লাপ্পা থৈদোক্কুনা পুংখাই অময়োম উফুল চৎখিবা ঙাইবা তারম্মী। নোংজু থাদদি অরুম্বা গাড়ী চৎপা য়াদে, চাকা মশক উদে হায়বা য়াই। থোই-দোক হেন্দোক্না থাবনা মৈত্রবাক্কী মকম অয়াম্বসি লম্বী থোংনা মরম ওইদুনা ঈ-পাউ কাওনবা ইঙম ঙমদে। ইম্ফালদগী মোইরাং নত্রগা ককচিং চৎপা তারবদি সুমিৎ ৩/৪ নি চঙবা তাম্নম্বনি, খোঙনা চৎপা তারবনিনা। অদুবু হৌজিক্কি পূং ২/৩ গী মনুঙদা য়ৌনিঙবা মকম য়ৌবা ঙম্নরে। মসি লানগী চৎথোক-চৎশিন তৌদা খুদোং চাবরবা হায়দুবা মিলিটরীনা লম্বী-থোং কয়া শেমগৎলম্বদগী ঐখোয়না ফংহৌবা খুদোং চাবনি। মখোয়না শেমগৎলম্বা অদুদগী ঐখোয়গী সরকারনা অমুক মতুং তানা শেমজহৌবনি !

প্রকৃতিগা খুৎশেমগা অনি অসি মতম পূম্নমক্তা য়েংখিনৈ হায়বসিদু কয়া চুমদে হায়সিগে। তুরেলগী ঈচেল ফাওবা খুৎশেম্না লৈদোকপা ঙমগী। অমুম্না উমং রামং কয়ানা থল্লবা মফমশিং অহুন্দু মাওংগী খুংশেম্না ইরায়-লায়না কোকথোক্তুনা কজরবা মকম ঙম্না শেম্বা ঙম্মী। হৌজিক্কী পাউনা রোড, মতম অমগীদি ই-লাংনা থল্লনা মঁ চত্তবদা কিনরম্বা মকম্নি। রাজ ভবনগী মনিঙ থংবা শরুক হায়বদি সেন্ত্রেল লাইব্রেরীনচিংবা লৈরিবা মফমশিং অসি মতম অত্তুগী লমহুই মকোম্নি। হুমিদাং পৃং ৯ লোম তাবদগী লমহুইগী উ, রা, খোঙ্খেন্না অঙাং, অহল লোইনা কিহল্লি। অমুম্না সহরগী মকম পূম্নমক অসি লাবক-শীংলক্কী মওংদা শেম্নী শাবীদনা লৈরম্বা ঙাক্তনি। অহুবু ঙাসিদি মকম পূম্নমক দুকান পরেং, অফিস পরেং, বিজলীগী মৈঙাল অহিং-মুংথিল নাইদনা মীগী খোঙ্জেন্না, চাওথৎলবা সহর অমগী মতৌঙুম উরি।

হৌজিক্কী লৈরিবা পাউনা অমস্তুং থাঙ্গাল ব'জারগী দুকান পরেংশিং, অতৈ চাওথৎলবা সহরশিংগী দুকানশিংগা য়েংনকুমদা য়াম্না শোঙ্খনা উরবস্ত্র, লান মমাঙগী ওইরম্বা ফিবমগা চাংদম্নরুরবদি কনা মিংখিরে হায়বা য়ারবনি। হৌজিক্তু সহরগী মফম অয়াম্বদা দুকান মথোল অনি নত্রগা অহুম লোনবা লৈমবান। লান মমাঙদদি অহল ওইরবা মথোল অমগী দুকান্না অয়াম্বনি। অহুবু হায়রিবা কজরবা দুকানশিং অসি মৈতৈ মচাদি ফম্বা হুউ-উদে পঞ্জাবীনা অয়াম্বা ওইনা তৌই। লান মমাঙদা মণিপুরগী কৈথেল বাঙ্গলী অমস্তুং মারর'রীগী মখুত্তা লৈরম্মী, হৌজিক্তা পঞ্জাবীশিংগী মখুত্তা। দিল্লী ট্রেদিং, বোম্বে ট্রেদিং, ইন্টরনেসনেল—য়াংখ্রে। মণিপুরীশিংগীনা পেটি ষ্টোল মচা মচাশিং—মশি ফাওবা গ্রহ অচৌবনা মচা উমশিন-বঙুম, মুংলি মুংলি—অয়াবনি, মণিপুরীশিংগী মরাইবক!

তৌবগীদি হৌজিক্কী যুগ অসি শেলগী যুগনি,—মান, মার্য্যাদগী রাকমদি চুংওইনবনি। ইদেকসম্না রাজনীতি দল অমগী মীশক্তা

শেল য়াম্না মতেং পাংবা ঙম্বা, মখোয়শিং অহুগীদি মরাইবকসু যরবনি। ইরৈবাক্কী মী ওইজরবসু, মতিক মগুণ য়াম্না হৈজরবসু শেল পীবা ঙমজরবদি, লৈবাক্কী ওইবা উৎসব, মেলা অমদা ফিদা কংবগী য়া লৈতে। পদ্মশ্রী কয়াসু কংজসনু, একাদেমী এৱার্ড কয়াসু কংজসনু, মহাক অহুনা মপান্দা মতৌ মানবা উৎপা হৈত্রবদি কনানসু মশক খঙবীদে। থন্দবা ঈশিং পুম্না মখোল হৌবসি মীরমগী মীনা খরা হেল্লি, অহুনা ওইরমাল্লে, মখোয়বু খরা হেন্না ইকাইখুম্নরিবসি। মণিপুরী হাযবা জাতি অসিদি মচৌশাদগী হৌনা ইচম চমজবনি,— য়াংখন্দা, ফিজেৎ-চাকচাদা, মসিমক্কসু মরম ওইহুনা ঐখোয়বু মীনা উৎশিংপিদবরা।

অহুবু জাতি অমা চাওখৎপনি চাওখত্তুবনি হায়বসি লেপ্পদসু য়াম্না লুবা রাকম্নি। ঐখোয়সু দাবী তৌরি,—সংস্কৃতিদা, সাহিত্যদা, থৌনাদা মথায়-থায়নবগী তৌন্না চাওখৎলক্লি, রাকম অসি কদাই ফাওবা চুম্বা চুমদবা হায়বহুদি হৌজিকমকসু য়াম্না কন্না নৈনরিবা রাকম্নি। অহুগা জগোই, ইশৈ অমসুং থুং-শা হৈবগী মরীদা নিংথিনা চাওখৎলম্মী হায়বসিমদি অখঙ-অহৈ পণ্ডিত কয়ানা খিজিন হুম-জিনবদগী নিংথিনা প্রমাণ কংলবা রাকম্নি। পৃথিবীগী জাতিশিং অসিগী চাওখৎপসি মায়কৈ অমত্তদা চপ মান্ননা চাওখৎমিন্নরকপা হায়বসি থক য়াদে, মসিমক ইতিহাসনা শাক্ষি ওইরি। থাইনগী গ্রিক, রোমান অমসুং স্পার্টানশিংনা লানগী থবক্তা অমসুং লাক্ক-কানবদা য়াম্না চাওখৎলম্মী, মরক মরক্তা দার্শনিকসু পোকথিদবা নত্তে। নোংপোক্লোমদনা ধর্ম্ম, কর্ম্মরোমদা হেন্না পূরিং চঙঙি মরম অহুনা লমদম অসোমদনা লাইশঙ-মন্দির অমসুং ফাওরবা ধর্ম্মগী মীওই কয়া পোকখি। অমরোমদা অমুক বৃটিশ আমেরিকানাশং অসিনা মহৌশানা লল্লোন ইতিকতা হৈনরকপনা লল্লোনগা জাতি অমা ওইনা কোল কারখানা লিংখৎপদা চাওখৎলি। অহুনদি জাতি অমনা চাও-লিবা হীরমদা অমসু চাওখত্রগা জাতি অহুবু চাপখত্তে হায়বদি য়াদে।

ঐখোয়গী লৈবাকস্তু মশাগী ওইনা পীখোকচরক্লবা সংস্কৃতিগী মাইকৈ অসোমদদি জাতি অমনা তানবদা রারগদবা মওংদা চাওখৎলক্লি।

শেমগৎপা শাগৎপগী অনৌবা মায়খোংদা কায়থরকপগী শক-কমস্তু উদবা নত্তে।ঐখোয়গী ইতিহাসকী অমস্তুং সংস্কৃতিগী খাইদগী মরু ওইবা মাকম্লি হায়না লৌনরিবা "কংলা" লোয়মনা থাইনগী মিংথৌ পাল্লিবৈগী কোন্নুংগী শককম নোংমা-নোংমগী মাওশিল্লক্লি। মুংজেং পুথ্রৌগী কজবা অমস্তুং মতিক মগুণ নোংমা-নোংমগী হস্থরক্লি। ক লাগী মুংশিরবা ইগী য়ুম মচা উবা কংখিদ্রে, মতম অমগী কোন্নুং ওইরম্বগী চৌং লেম্বা মুংশিবা পূন্নমক ওসিদি মাওথ্রে হায়বা য়ারে, মহুত্ত৷ ৪ শুবা আসাম রাইফলসকী সিফাই মখোয়গী য়ুমশিং, মসিনা ঐখোয়গী জাতিগী ইরন্দা করি হাপকৎলক্লিবা। মুংজেং পুথ্রী ঐখোয়গীদি অরুগা লাইফম্লি, ইবুধৌ পাখণ্ডবগী শাইগোন্নি, মরুওইবা ইয়াং পূজা কৎকম্লি। হৌজিক্তি মনাকমক্তদা, কালি মন্দির থলী কৎকম, অসিদস্তু মত্তনা অতোপ্পা শত্ত কয়ামরুমস্তু শাজিন্দুনা মহৌ-শাগী মতৌ কয়া য়াম্না মাওথ্রে।

অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদনা শেম্বী শাবীদবদগী মন্থরকপা ভুখরকপা করাস্তু য়াওরি। ময়ামহুগী মনুঙদা পমবা য়াই, চুড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লিবৈগী কোন্নুং। সার চুড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লি-বৈদা সনা কোন্নুং চঙবা অরায়বা থবক নত্তে। লম্বীগী নাকল অনিদা চৌরিবা নাপী খোঙনা নেৎপা য়াদে, হেক নেৎলুবদা সিফাই সন্ত্রীনা থক-থক নিক্লা লাউরকই। অমস্তুং মনুঙদা ছাটিন পুশিন্দুনা চঙবা য়াদে, সনখোংদা থমনমগদবনি। মসিগী মরীদা নোক্লিংবা রারীস্তু লৈরি। সনখোংনক্তদা সিফাইগী কিজেংনা নিংথিনা লৈতেংলবা থুংনা শাবা সিফাই অনি নাকল নাংকন্দা থম্লি। অয়েংবা কনা অমত্তনা শাবনি হায়রোই। থরা অরাপ্পা লংদগী গোবিন্দ দর্শন তৌগে লাকচবা ইমা-ইবেলশিংনা, অশাবা মুর্ত্তি অহুদা মখোয়গী ছাটিনশিং অহু শিন্নরমলগা লাই থুরুম্বা চঙখি অহুগা থোরক্লগা

"লৌজংগে" হায়রগা অচুম লৌছনা চংখি। ওস্নোকপনি! মুর্ত্রিং অছুনা করিবু খল্লমগদবা, মখোয়না কায়গুম্বা রাখল থনবা ভল্লমপশনি মখোয়শিং অসি ওস্নোক্লা জ্ঞান য়াওদে হায়রমগদ্রা। নত্রগা কলাগী মগুণ থওদে হায়রমগদ্রা। কনা য়াম্না নোক্লিওই:

কজরবা সনা কোন্নুংগী মায়থোং মোংমা নোংমগী মাঙথরকপগুম ঙৌয়ক্লে। মিংথিরবা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির, চাউরবা মাংগোব, অকোয়বগী চেকপল, কায়থরক্লি-মাঙথরক্লি,—কনানম্বু হয়া যেংবিদবগী মতোগুম। নিংথৌগী খুভম মাঙখিবগা লোয়নবা সনা কোন্নুংগী কজরবা শককমম্ব মাঙহনথ্রসিরা। ম'সমক্তি থরদ' নিঙভমদবা পোকই মরমদি সনা কোন্নুংস্ব ঐখোয়গী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী চাউরবা মচাক্লি। পূন্নমক্কী মথক্তা ঙসিগী মীয়োন্দদি সনা কোন্নুং অসি থোইদোক্লা মমল লৈতবা য়াই, তুংদা লাকপা মীয়োল থরদদি ইতিহাসকী অমসুং সংস্কৃতিগী মপাল নাইত্রবা লল ওইগদৌরিবনি। হৌজিকমকসু মণিপুরগী শ্রীগোবিন্দ ভারতকী মফম অয়ম্বদা মমিং চংলিবনি। মণিপুর য়েংবা লাকপা মপানগী মীওইশিংনা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌনরিবনি। অদুদি অসিগুম্বা ইরৈবাক্কী ওইজবা লল অসি তেক্ত-কায়দনবা হোংবকম থোকই। মপু পান্দে হায়বদি য়াদে, হৌজিকস্থ মপূদি অমা শোয়দনা লৈয়মগনি; লাইগী লৈবাক্লি হায়নরিবা মৈত্রবাক্লা খুবম মিংথিনা থবীত্রবদি লাইগী মফমদা তৌবীমল থংদবা ওইগনি।

# ৫

কাংথরকপগী শককমদা শে-গংলকপগী মায়থোংসু তত্তনা উবা ফংলি। হৌজিকমক ইলেকত্রিক পৱার হাউসকী মমাঙদা লৈরিবা ইলেকত্রিকী থবক তৌবা মীশিংগী লৈকম শাম্নিবা মফম অসিমক মতম অংদদি লম্পাক ওইনা লমচাঙ ওইনা লৈরম্মী। মসিবু ঐথোয়না জেল লম্পাক হায়না খঙনরম্মী। মফম অসি মী চঙবদা য়াম্না কিনরম্মী মরমদি মী হাংলুরবা মীশিংগী ফঁসি তৌকম্মি। বৃটিশনা পাম্লক্তৈদাদি মী হাংপগী ময়াল লৈরবা মীওইশিং অমু মীয়াম মমাঙদা জেল লম্পাকসিদা ফাঁসি তৌদুনা হাংখি। মরম অদুনা মফম অসিদা তম্লাই থোকই হায়দুনা অমুক্তা হেন্না কিনবনি। হৌজিকী বিজ্ঞানগী যুগ অসিদাদি ভূট, প্রেত পূম্নমক লোইনা মাঙলে, কনা'মতা লৈবা ঙম্লে। মীওইবনা অমম্বদা থাজমম্নিতৈ মতমদা ভূটনা খ্বাইদগী হেন্না কিনম্মী, তম্লাইনা খ্বাইদগী কনবা লাই ওইরম্মী। অদুবু হৌজিকী লাইদি তশেংনা মিংমক্তা উবা মখুংমক্তা খুংথেংননা অথেনপোং লৌবা ঙম্বা অতম অথৌনম্নু ওইরে। তৌবীদি মতমগী চংনবী হায়বদু ওইরমাম্লে। হৌজিকী যুগ অসিদি মশাগী হৈজ-শিংজবা মহৈ মশিং অমদি জ্ঞান্না মীনা মগুণ লেপ্পলে, শেলগী মরেপ্তা মীগী মগুণ ওম্লে। মহৈ হৈবনা ফংলে, শেল লৈবনা থবক ফংলে। শেলবু লৈরবদি ঠিকাদার অমনা ইঞ্জিনিয়ার অমা ওইবদা ওইথোক্তবা নত্রে। মী হাংদুরবদু শেলনা ইরায় লায়না কনবা ঙম্লে।

মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুরবদি বৃটিশনা পানবা মতম্নবু থম্না হেন্না কয়ত্রা হায়না খল্লি। মতম অদুদদি শেপা-থুমজাগী রাস্ত্র কয়া তানরমদে অদুগা অতম অথৌদা অথেনপোং কাবী-সিমদি চংনবী ওইনা অদুমক মহৈরক্লি। মতম অদুগী অকবা আইন

অমদি হৌজিক কাওবা থাগত্তবা ওমলোই। মী অমা হাংলুবা, মতিক চাবা প্রমাণ কংলবা অমসুং পীবা ঙমদবা, অদু ওইরবদ হাংলুরিবা মী অদু ফাঁসি তৌদুনা মৈয়াম মমাঙদা হাংজি। মসিগী অকবা ফলদি মী হাংলুরগা মহাক শিগনি হায়বসিগী কিবনা মী হাংপগী থবকসি য়াম্না তাঙনা থোক্লম্মী। মী অমা হাংপা হায়বসি অয়ায়বা থবকপুদি নত্তে, শিরিবা মী অদুগী ময়ালদুনা হাত্তোকপা য়াবগী থাক য়োৎরক্লবা, মীওইবনা খাঙবা ঙম্বগী রাংমদা লৈরক্লবা মতম অদুদা হাংলকপনি। হাংপসু জ্ঞান তানা অমসুং তাদনা হাংপা অনি শুরি। হাংকে হায়না খন্দনা করিগুম্বা থুংশি-থুংনাম্বোক্তগী নত্রগা শোয়বদগী হাংখিবা অদুনি অশোয়বগী প্রমাণ মতিক চানা পীরগা ফনবীদসু য়াই। মদু নত্তনা খঙনা খঙনা, জ্ঞান তানা হাংপদুদি ফম্নবগী মরম করিসু লৈতে। অদুবু হৌজিকী যুগ অসিদদি মী অমা হাংপগীসু থোইদোকপা অকাম্বা চৈরাক অমা পীদ্রবনিনা, মীহাৎ-মীপুনগী করিগুম্বা অথিবা অমত্তা লৈত্রে — মুন্না য়েংই হায়বগীসু হাংপা য়ারে। গনতন্ত্রগী যুগনি হায়দুনা মী হাংপদসু মনিঙ তম্বা পীরবদি মদুবু অফবা গনতন্ত্রনি হায়সিরা।

মতম অদু ঐখোয় মপূঙফানা জ্ঞান ঙতমদি নত্রি অদুবু য়েং-নিঙবদি ককচেং শিরে হায়বা ফাওবা য়েংবা চৎলি। ফাঁসি তৌগদৌরী হায়বসি তাবদা য়াম্না য়েংনিঙঙি। ঐখোয়না উবসি মী অদমদি ফজনা উহৌই। তৌবমক্তি ফাঁসি তৌবা হায়বসিনা বৃটিশনা পাল্লবা মতমদা হায়নবা ওইবা ভাই। মসিগী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরদা অচৌবা মরাবগীদমক অচৌবা দণ্ডি পীরমদবদি নত্তে, — মদুগী প্রমাণ ওইনা ঐখোয়না তাবা ফংঙি মদুদি, থাইনা মমাঙবৈদা নিংথৌ পাল্লি-বৈদা অচৌবা মরাল অমা লঙজরুবগীদমক শুগ্র লোই থাবা নত্রগা অঙাং ওলহনবা হায়বসি চৎনরম্মী।

ফাঁসি তৌগদবা হুমিৎ থরা রাংলিবৈদগী হৌনা প্রজা মীয়ামদা লাউথোকই মদুদি অসিঙম্বা মীশক অসি অসিঙম্বা মরাল অমা

লংজকবগীদমক অহুত্তুম্বা স্নুমীৎ অহুদা ফঁাসি তৌহুনা হাংকনি। ঐখোয়মস্ত্র মতম অহুদ'দি মী অমা হাংপা অসিবু চাউরবা কুম্মৈ অমগুম্না ম্‌[illegible] [illegible] জাইজনা লৈ। হয়েংনি হায়বা স্নুমিৎ অহুদদি অয়ুক ঙন্না মোন মথাদা ফি-রোল পূন্নমক লোং-শিন্দুনা থম্মী। গোবিন্দ মঙ্গলার্ত্তি ভৌরকপা মতমদা ফুক হৌগত্তুনা নংগৌরোইদবা মতাগুম শেগাদা কি য়েপ্তুনা জেল লম্পাক তায়া চেল্লী। মমাঙদা লেপ্পা কংনবা কনা কম্না চেঞ্জবনি অম্বু অহিং তুমদনা লম্পাক্তা মী লেক্লবা মাওবরা করিনো থঙদে লম্পাক্তু মীনা পিক হৈক্তা থম্লম্মী। পূং ৬॥০/৭ লোম ত'বা ওইবা মাই, কাদোকী কি অরাংবা শেৎপা, চন্দন ঙৌমোক ঙৌনা থিনবা, মখুত্তা য়োংহিলং থাংবা মুপা অমা সিকাইনা তু'-মাঙ চপ্লহনা থোরক্লে। মকোয়হু কক্তুবা ওইরমাল্লে য়ান্না শাংই, য়েংবদদি মরাল লৈজদবা মীগুম্না উই। মহাক উবদা তিল্লিবা মীয়ামহুনা 'থোরক্লে, থোরক্লে' হায়হুনা পুমনিল নিল্লি। মিং পূন্নমক অমত্তা ওইনা মঙোন্দা য়েংনৈ। মহাকসু তপ্না-তপ্না ফঁাসিগী শগাইদা কাথৎলি। শগাইহু কাখৎপদা মহাক্না করি থল্লমগনি মহু মহাক্তনা খঙলমগনি। শগায় মথক য়োম্বগা মকোক্তগীনা মঙকশম য়োবা কাওবা তুপী অশংবা অমা উপশিন-বীগ্রে, অহুদগী মঙকশমদা থৌরী হুকচিনবীগ্রে। মথাদা অচৌবা মী অমা লেপ্লি, ঐখোয়দি তশেংবা কনানো হায়বদি থঙদে, মীনদি জেলরনি হায়নৈ, ঐখোয়স্ত্র অহুম মথাজৈ। লেপ্লিবা মহাক অহুনা রুমাল অমা হাউথরকই, মহু হেক হাইথরকপগা মুপা অমনা শগাইদগী উপাক অহু চিংথোকখি। অহুদগীদি মীহু মথাদা থরাক-থরাক মাস্থরক্লে।

ওস্থোকপা হায়বহুনি মী হাংলুরবা মীহুনা ফঁাসিগী শগাই কায়কপদা মহাক্কী মরাল পুন্নমক কাউথোকখিহুনা মীহাংপহুবু জুংশিবা পোকই হায়বসিমু অচুবনি। ফঁাসি তৌগদৌরিবা মীহুনা বলীগী হামেংগুম ইমোন মোস্থনা পোয়কপহু উবদা জুংশিদবা ওমদে।

ভৌবগীদি মতম অহুগী সভ্যতা অহু ঐখোয়ন' চাওখৎপা র'ংলি-ভৈগীনি হায়বা য়াই মরমদি মীয়াম মখাওদা মী পুথোক্কনা হাংপা, মহুদা ঐখোয়নু তাবোক ওইনা য়েংবা চংলিবনি, অহুবু হৌজিক্কি মীমাওদা পুথোক্কনা হাংনদ্রে, ইলেকত্রিক থাজিন্দুনা হাংনরে। মী হাংলুবগী অচৌবা চৈয়াক অমনা পুন্সীচুপ্পা জেল পীবা; অহুবু মসিগু চপ চানা চংপ্রা হায়রহুসু লৈতে,—থা অমা অনিদং জেলদা লৈরক্নগা, পুন্সীগী জেল শরুহুনা থোরকপসু য়াওই। অহুনদি আইন হায়বসি মথিবোং পান্দে হায়বসি চুম্বা তাই। কোংনা ফাসি তৌবা তোক্করিবসি. মীয়ামা মী হাংপহু ঊয়গা ঈ শাগংলক্কনা লৈথাক্তা কত্তবা ইরাং কয়া থোকহল্লকপা য়াই হায়বদগী নত্রগা শিখিবা মী অমগীদমক করিগী অহিংবা মী অমা হাংলুগদগে হায়বা সতীদাহ মুংথংপগী নীতি অহুসু ওইরম্বা য়াই, অহুবু সতীদাহগা হৌজিকী শড়্ক্তা শিমরিবসিগদি য়াম্না থেয়ে।

মতম অহুদদি কৈশামপাং থোংসিসু উপাক থারগা ইনা কুপ্লম্মী। অহুনা থোংগী থয়া শুকপনে, ফাঁসি তৌখিবগী কিবনে, জেল লম্পাকসি হুমিং নিনি, হয়িদি মপাহু তুবং চংপা ওমদে। অহুবু হৌজিক্তি ইলেকত্রিক মৈতাল অমসুং সিকাই শত্রী লৈরবনিবা অকিবা পুন্নবক লোইনা মাওখে— মসিসু খুংশেমগী থোইদোক্না অওকপা মওংনি।

থোইদোক হেন্নোক্না মীওইবগী অপওবা হায়বসিসু কনা য়াম্না নোক্লিংতাই ওইবা য়াকম্নি। ফাঁসিগী থৌরীহুবু বিলাট মহারানীনা থারকপনি হায়না থাজনরম্মী। মসিদগী ফাঁসি তৌগদৌরিবা মী অহুগী থৌরীহু বিলাট মহারাণীনা থারক্লে, থংলয়ে, অসুম্না হায়রম্মী। কয়াদা নোক্লিংপ্রবা য়ানো। মণিপুরদা ফাঁসি তৌগদববু বিলাটতকী থৌরী থারকই হায়বসে। ওইরম্বা য়াই, ভাইসরোইগী হুকুম নত্রগা জেনরেল কোর্টকী য়াথং। অহুবু মতম অহুগী বৃটিশ শাসন্দি নিংথৌ পাম্বদগী মহারাণীশিংনা পাম্বনা হেন্না মখিত চংলি।

মখম অতুনা বিলাটকী মহারানী হায়রগা লোইরে। মীয়াম্না মশক খঙবদসু য়াম্না লায় মরমদি শেল মমায়দা পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌগী মশক য়েকপনিনা।

মাপেচ্ছ হায়বা জাতি সিসু শিংদ-লাক্তবদি নত্তে। থবক থৌরম খুদিংদা মখোয়গী মশক অচু তা উত্তুনা অমদি মখোয়গী রাত ঙাংতুনা মখেয়ন লোইচনবা লৈবাকশিং অসিবু কাউহল্লী,—মশাগী রাথল, শুমহৎলি মখোয়গী শুমহৎয়াইনা। অমরোমদা অমুক য়েংলুরগা মখোয়বু ফত্তেসু কর়ম্না হায়সিগে, পণ্ডিতবা জাতিশিংবু লৌশিংগী মঙাল পীতুনা শিংচন্নবা গোৎনদবসু নত্তে। মখোয়গী মনুঙদা পুকচেল কঙবা সমাজ সেবা তৌরনিঙবা কয়ামরু-সু য়াওখিবা থেংনৈ। পনবা য়াই, লোর্ড উইলিয়ম বেন্টিঙ্ক—সতীদাহ মুংথৎপদা অচৌবা শরুক য়াখিবা মুপ নি। অহূবু মপূং ওইনদি মখোয়না ভারতবাসীশিংবু নমথতুনা থমনিঙবনা অয়াম্বনি। মতমগী মতুংইন্না মিঙতম্বগী ইহৌনা কমশিল্লক্রবদা মখোয়সু মায়য়োক্রবা ঙমশিল্লকত্রে, মচিন থৌরবা খুংলাই কয়া মখোল হৌরবা খোঞ্জেল কয়া, মীয়ামগী অকনবা আন্দোলনগী মমাঙদা অরেম্বা তাখি। ইং কুমজা ১৯৪৭ গী আগষ্ট ১৫ দা ভারত নিঙ তম্লে হায়না লাউথোকখি। জাতিগী সরকার লিং-লবা মতুংদগীদি লৈবাক্কী শেমগৎ-শাগৎপদা মায়পুননা হোৎনরক্লি। অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা শেম্বীরম্বা অমদি ঐখোয়গী সরকারনা শেমজবনা ঐখোয়গী লম্বী-থোং অমসুং য়ুমলৈ-কৈরৈ হান্নদগী ৫০% য়োমদি, ফগৎলে হায়বা য়ারে। অদুবু ঐখোয়গী পন্থুংদি ১০০%নি, —হৌজিক্কী থৌশিল অসিনা করম্বা মতমদা ১০০% য়ৌরকদগে হান্নবহু য়েংবা তারি।

# ৬

বিজ্ঞানগী খুদোল অসিসু করম্না থাগত্তবা ওমগনি! বিজ্ঞান্না মীওইবগী বাখল অসি কনা কজনা ওলংহল্লি,—মশক,মচু। বিজ্ঞান্না পুথোকপসি অনৌবা পোত্তা নত্তনা অচুম্বা বাখল খঙহন্‌বদসু মতেং য়াম্না পাংই। মমাঙউগী ওইদবা, নত্তবা অমম্বদা থাজবা অতুদা অতুম লুপ্‌নুনা লৈরম্লবদি ওসি তাইবংপ নবাসিদা উরিবা অনৌবা শককম কয়াসি উরম্লোইদবনি। বিজ্ঞান্না পুথোকপা খুংগাং কয়ানা জাতি অমগী সভ্যতাবু তুম্না মরা ফুক্না মাঙহনগনসু ময়াগ্রথি। অতুগা অতোপ্পা মায়থোং অমদা শেমগৎপসু মযাওই। মমায় অনী লে ওবঃ বিজ্ঞানগী মায়থোংনি,—মাঙহনবা অমসুং শেমগৎপা। মাঙহনবদগীসি শেমগৎপনা হেল্লি। লৌউ-শিংউবদা মরু মরাং থাবদা, শম্না হায়রবদা মুমীৎ খুদিংগী পূজাদা বিজ্ঞান্না পীবা দানদি অতুকপনি। মখোয়তুবু কনানা শীংথাতুনা লোইগনি। ঐখোয়না খাইনগী মুং-চাইজরিবদি মীওইবগী অমম্বা বাখল কয়ামরুমবু ঙালহন্দুনা অচুম্বা লম্বী তাকপসিনি। নত্রত্তনা মঙাবক কনবীনা, লাংগোল লাইরেম্বীনা ঐখোয়বু কাক্সিন্দুনা থনমলবদি করম্না ওইরমগনি লন্ডনগী বিঙ্গনেল মেডিকেল কলেজ হোসপিতাল।

যুগ অসীগী মীনি হায়বদা ঐ অসী কয়া পকচদবগুম তোগনি ঐহাক ইতোমতসু করিগুম্বা মতমদা পত্তভি হ'য়না নিন্দা তৌরে। মৈত্রবাক্কী মচি-ময়া খুদিংদা শেমগৎ-শাগৎলীবসে নোংমতবু চত্তুনা য়েংলুগে থক হায়দে।—থবক্কী মতাঙ নত্তনা। লন্ডন নরা কোম্বীরৈ নোংমতবু শক থত্তনহৌদে। হৌজিক্কি লৈরাংগী পোককম শাংকম লন্ডন পাং,—মণিপুরগী মরুওইবা আকিসশিং অমসুং হোসপি-তালনা মুনবীরে। শজিবু চৈর'ওবদা শাবী-শানৌগী নাপদা থেং-লরোই অমুক হন্না, লন্ডন পাংকী লৈরং কেস্বরৈ উররোই অমুক

হরা। ইমা ইবেল অমস্তুং ইপা ইপলশিংনা শীংজা চনজরগা নোংমগী চয়া তাঞ্জকম ওইরম্বা লঙ্গোল চীংমায়. ভসিদি মরু কোকপ্রে। পৌরী য়ান্দুনা শিবা মী হুন্দোকফম ওইরম্বা মঙারক কানবী,— ভসিদি মীনা নোঙ-থনাঙনপ্রে। —কদায়দা লৈপ্রে অশিবা! কদোমদা চৎপ্রে অথুবপা! মতম অমদা মীনা চঙনরমদবা হুন্দোকপিরম্বা মকমশিংছু ভাংসদি সহর মচা অমগী শক্তম লোৌরকলে। মসিবু বিজ্ঞানগী অমদি মীওইবগী বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎলকপগী মহয় নত্রা।

মৈত্রবাক্কী লবুক লমচাঙ পুন্নমকস্থু অসিমন্ডায়, আফিস স্কুল শহ নত্রগা মীগী লৈনবা য়ুমশিংনা পীক থনপ্রে। করি অমুক হায়গনি চৈংগী নীংময়দা মী ভক্তা. মন-জাবুং লমচাঙ লৈরকপ্রে, অতুলা ওংরমাপ্রে মন ইবোই অয়াম্বা কম্বী শরক্তা কেপ্তুনা লৈরীবসে। মচি মঙ্গ থুদংগী মা লৈশিল্লক্লবাসনা তাকপদি মী মশাংসি নোংমা নো মগী হেনগৎলক্ল হায়বনি। মীশীং হেনগৎলকপদা, চাবা অমস্তুং লৈমগী সমস্যা। কমা মায়োক্লবা তারকপনা ভারত সরকারনা চাবোক মশী হন্থনবগী থোয়াং কন্নামকম পাংখৎলক্লিবনী। বিজ্ঞান হায়বসীমা তোবা ভমদবা কনিম্থ লৈতে। বিজ্ঞান হায়বসীমক থোইদোক্লা অঙকপা পোৎ অমনি।

ওস্থোকপা হায়বহুনি নোংমদি ঐস্থু মরূপ অমা গোসপী ভালদা নাহুনা লৈবদগী মাবু অমুক্তা য়েংলুগে হায়তুনা চৎলুই। মকম অহু য়ৌরগা ঐ ইতোমতস্থু ইকাইবা পোকচখি। ঐহাক ভহাক্রুংদি চঙকম থঙদনা থারীবা ময়াখহু কোইয়েং য়েংতুনা লৈরম্মী। থঙন-চান্নবস্থু মপান্দদি ইরৈ লৈতবনিনা হৎকমস্থু কয়া থঙপ্রে অতুগা হংগ-দবস্থু ইকাইবা পোক্লি। মীওইবা হায়বসি ওস্থোকপনি, চাউথোকপগী রাখল অমস্থু তত্তনা পোক্লি,—থঙত্রবা অহু ফাওবদা হংবনা ইকাইরি। তশেংনা থঙদবা মী অমা ওইরবদি হংবগীস্থু ইকাইরোইদবনি, মহু-মকস্থু নত্তবা থরস্থু থঙগুমতোবা ফজনা থঙবস্থু নত্তবা, মখোয় অসিগুম্বা অসিনি অখঙ-অহৈ শাবদা য়াম্না রারিবসে। মহুমক্লি

ঐনা তৌরক্লরিবস্ত্র। করম্নস্থ খঙ্গনি, শান্নিবা য়ুম পরেংশিং দলাল মথোনশিং শাওং শাদা, রাংবা কেম্বা, শাংবা তেনবা, পাকপা চপ মান্নৈ,—মমা অমতনা পোকপা মচা ফাইবোককুম্মী। ভারতকী চাওথংপা শহর কয়াদা ফজবা দলান, ফুরা কয়া লৈজরংস্থ মণিপুরগুম্বা পীকপ্রবা লম অমদা অহানবা ওইনা অসিগুম্বা হোসপিতাল অমা লৈবদি থোইদোক্লা য়েংনিঙঙাইহনি। নাইতোম ওইনা লৈবদা ষ্টেট ম্যুজিয়ম, সার্কুট হাউস, অনৌবা মঙংগী দলাল থুংশাদা ফজদবা নত্তে। অদুবু চাং মান্নবদা কজবস্থ লৈ। লাল মমাঙদা ঐখোয়গী ইনা কুপ্পা য়ুমজাও পরেং শ'না শাবতুস্থ য়াম্না ফজে। ঐখোয়গী শহরগী য়ুমগী মওং অসিস্থ চাং মান্নবা মওং অমদা শারবদি থোইদোক্লা য়েংবদা নুংঙাইগনি। মসিগীদমক তাউন প্লান্নিং বোর্দি অমদি মরৈ, অদুবু প্লান্দি কদোমদা! ফেমিলী প্লান্নীংগীদি মচৌময়া খুদীংগী তারি, ঊরি। তাউন প্লান্নীংগীদি কদোমদা!

নাইটিঙ্গল হায়বসি খোইনিঙনি। খোইনিঙ হায়বসি মহৌশানা মখোল নুংশিবগীদমক শীংথানরিবনি। অদুবু ঐখোয়গী খোয়নিঙশিং অসিদি য়াম্না য়াকথ্রে। তুংলোমদগী লুপা ৫/১০ দং য়েপ্লবদি থরা নুংশিরকপগুম তৌই, সেবাস্থ নুংশিবগা লোয়ননা তৌরকই। ওন্থোকপনি হৌজিকী যুগ অসি, শেলনা লৈবা ফংদবা করিস্থ লৈথিদ্রে মীদগীনা নুংশিবা, থম্মোয়—করিমতা চিথদনা লৈবা ফংই। শেলনা লৈবা নুংশিবগী থম্মোয়না কয়াবু শেংনা নুংশিরমগদগে হায়বতুদি য়াম্না থম্ননিংঙাই ওইবা রাফম্নি। নুংশিবগীদমক শিবা ওম্নরি মতুস্থ অশেংবা নুংশিবনি হায়নরি, মতুগী মতুঙ্তা নুংশিরিবা মহাক অতুগী নিংবা থুংনবা হোৎনবা অমস্তুং পামজবা অছু তৌবস্থ নুংশিবা নত্রা? অদুবু মতমগী চৎনবী হায়বসিস্থ য়াম্না লুপ্রে, হৌজিকী মতমদা অশেংবা নুংশিবা থিবদা মী য়াম্না কোক থাওনরে লঙ্কাদা য়াইঙং তাঙবগা চপ মান্নথ্রে। মসিদগী ওইরথাল্লে অশেংবা নুংশিবসি শেল পীদুনা লৈনরক্লীবসে।

মমল পীদুনা লৈবা নুংশিবনবু মমল কয়া য়াম্লমগনগে। মীনুংশি হায়বসিদি মীওইবগী থম্মোয়গীনি মপান্দগী পুশিল্লকপা য়াবা নত্তে। মী-নুংশি থওবা মীতনা মমল য়াওদনা থবক তৌবা ঙম্বনী। মীওইবগী সেবা তৌগে হায়রবদি মী-নুংশিগী পুকচেল চেন্নবা য়াদে। অদুনা ফ্লোরেন্স শাগৈসি, পোকপদগী লোইন-মকপা ওইরবসু তাদশিনবা ওইরবসু, মী-নুংশিগী পুকচেন্দী য়াওদবা য়াদবনি। সেবা তৌবা হায়বসিদা তঙায় ফরফরবা থাদোকপা য়ত্রবা মরী-মতা ওইরবতদা তৌনবনী। অদুনা ঐগী ঈ নত্তবা মী ফমগী সেবা তৌবা তারবদী মীনুংশি থওদবা শুকয়া য়াদে। ঐখোয়না আশা তৌয়ী, ঐখোয়গী ফ্লোরেন্স নাইটিঙ্গলশিং অসিন্থ সেবাগী অচুম্বা মাইকৈদা লাকুনা অশোন-অনা কয়াবু থয়ায় য়াওনা সেবা তৌবীগনি।

মতমগী চৎনবী অমস্তুং অওনবা হায়ৎসিস্থ অঙকপনি,— লাল মমাঙগী পৈশা অমা হায়বগা হৌজিক্কী পৈশা অমা হায়বগা য়াম্না খেন্নথ্রে,— মওংদা অমস্তুং মমলদা। হৌজিক্কী পৈশা অমগী মমলসি শুকয়াওমক য়াওথ্রে হায়বা য়ারে, ময়াম্না পৈশা অতাওবীনি হায়দুনা চৎনদে। লাল মমাঙগী পৈশা হায়বসিদি মমল য়াম্না লৈ, হৌজিক্কী শিকি অমগী মমলগা মান্নবস্বা য়াই হায়না খল্লী। মতম অতুগী পাই অমগা হৌজিক্কী পৈশাগা মওংদি মান্নে অদুগা মমলদি খেন্নে। মতেক হায়বা শেল মখল অমস্থ লৈরম্মী, মসীনা পৈশা অমগী শুখ্যায়নী অদুগা পাই হায়বসীনা পৈশা অমগী শরুক অহুম থোকপগী অমনী। মতেক অমা থাদদুনা পোৎ লৈবগা পাই অমা হল্লু হায়বস্ত য়ারম্মী। অদুবু ইংলিশ-তম্বা ফংবদগীদি ঐখোয়গী শেল চৎচরে, শেলগী মমলদি হৈন্থে পোৎকী মমলদি য়াম্না য়াংই। হৌজিক্কী মী অমা চাবদা লুপা অমগী শাতোম্না শংজে, মতম অম্নুদি পৈশা অমগী শাতোম্না চাবা শু দবমখৈ চারম্মী। অহল্লা হৌজিক কাওবা অহল-অমম্না হায়নরী,— "মামনাদ পৈশা অমগী শাতোম্না চাবা শুমদবমখৈ চারম্মী, হৌজিক্কী লুপা অমগী ২/৩, মরুতমক য়ারক্কা পন্দুনা তোঙ্ক।" অওকপনি। মতম্না পুরকপা অনৌবা খোঙ-থাঙ !

মতম অতুগী নহা ওইরীবৈগী অচম্বা পুন্সীত্নদি অমুক হন্না লাক্লরোই, হৌথ্রবা ইতিহাসকী য়ারীগুম লৈরগনি,-অখুঙবা ঐঙোন্তদনি অশেংবা ওইরিবা। মতম অতুগী নহারোনগী পুন্সিদি হৌজিক্কী চাওখৎলে হায়রিবা, মীয়ৈহৎনা অমস্তুং লৌনম্না থল্লবা পুন্সিসি নস্তে। য়াম্না চম্না হিংমিন্নবা, অরৈবা শেংন-থায়নদুনা চামিন্নবা পাথং শঙ

অমনা নৈশাবী শঙ্গু অমা পুন্থনা কোয়মিন্নবা, চীং কামিন্নবা, মতুদা রা-রা নোক্নুনা ইচম-চম্না নুংঙাইমিন্নবা অসিনি। মতম অতুদদি সিনেমা লৈতবনিনা, শুমাং লিলাদা, পেনাদা, খোংজোম পর্ব্বদা নুংঙাইমিন্নবনি। মোইরাং থাংজিং হন্নাওবদা, ময়াম শেল থায়নহুনা বস গাড়ী মচা অমা য়ায়রগা চৎমিন্নবা, মতুদা থাংজিং লাইহগী লাই-মাংদা [illegible] ইক্লবনি।

শাক কুম্ন্থগী লোইরমদাই ফাওবা মৈত্রবাক্কী নহারোলশিংগী অথোইবা কুম্মশিংগী মনুঙদা শীংথাবা য়াবদ—লিকোল শান্নবা অমসুং থাবল চোংবী। থাবল চোংবীদি শরুতা ঙাইরবসু হৌজিক ফাওবা হিংলি হায়বা য়াই, লিকোল শান্নবদি থুঙংগী থাপ্লবা মফম খরদা মত্তনা শহরগী মফম অয়াম্বদদি মমি ফাওবা উত্রে। লিকোল শান্নবা হায়বসি কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানী জন্ম; বামন জন্ম, অসিনচিবা উৎসবশিংদা শান্নে, মসি পাখঙ, নৃশাবীশিংগী য়ান্না নুংঙাইবা উৎসবনি। শন্ধ্যাদগী হৌবনা নোং-ঙানবা ফাওবা শান্নবনি। শান্নফমদি য়ুমজাও কা মঙাগী ফজরবা মাঙ্গোন্দা নত্রগা শঙ্গোই অচৌবানি মতুদা য়ুথন্নচিংবা ফজনা থল্লগা শান্নবনি। মসি তৌবগীদি অমরোমদা নৈশাবীশিংনা য়ুম্নু ওইরগা অতিথি ওইরিবা পাখঙশিংবু ঙকচবনি। ভাবোক ওইরিবনা শানৌশিংগী অহল লমদি। শান্নৌ ওইবীশিংনা অরেবা সনা লুপা লোইনা শিজিন্নগা, ফজবা ফিরোল কয়া শেৎচিন্নগা মাগী মাগী ওইজবা মশাবীশিংগী, মমাক্তা লেন্নজবনি।

থল্লুরদা, মতম অহু, ওন্থোক্না নুংশি অমসুং ফজে। শানৌশিংহু শন্নাং কোয়কক্লবীনি; নাপদা শংত্রে মনম্না হায়বা তথেল্লে মাচোম. চেংহী মনম্না য়োম্নবা শন্নাং, পাখঙ ফনাগী পুক্রিঙদি হুরোই। মতম ছত্-গীদি চেংহী মনম, হৈনম, লৈনম, চন্দন অমসুং ইচু ভাবা যিরোলনা চম্না কেজবনি,—হৌজিক্কী কোশমেটিক কয়াগী মনমগা হুমাং মনমগা ভিনশিন্নরগা য়াক্লবা মনম অমা থোকহনবসি নত্তে। অহিংচুপ্পা শান্নরকপনিনা রান্নবসু নুপী কাংলুপ নুপা কাংলুপ অহুম তুমথোকই

ফনানা ফনাগী মফমদা অমাংবা রাখল থম্লদে,—ইচম চম্বা পূকচেলনি হৌজিক্কী মতমদা অহুত্তবা খোঙং অদু তোৱবদি কার মহৈ থোক্লক-দগে হায়বদু থম্মনিঙাই ওইবা রাকম্নি। হৌজিক্কী মতমদা অদুমা সনা লুপা য়াম্না শিহুনা তুম্নরবদি মিকপ থোক্লকপদা ঙকশম ঙাক্কা ইহাং হাংনা লৈরম্বস্ু রারিবমি। হৌজিক্কী যুগ অসিদা পূকচেল শেংবা মী অমা থিবদি চামগী মনুঙদা শুন্যনি। মুংশিবসু মতম অদুগীদি নমথাক নত্তে, ওইজবা তানবা নত্তে.—মুংশিবতবু শেংমা থমজবনি, লুনা য়োকচবনি। অদুনা মতম অদুগী শাবী শানৌ-শিংগী, মুংশি রারৌনা হৌজিক্কী যুগ অসিদগী ফিদম ওইরিবনী। হৌজিক্কী মতম অসি বিজ্ঞানগী হীরম কয়াদদি চাওখংলে অদুবু পুক্নিংগী মায়কৈরোমদদি চাওথরক্লে হায়বসি ঐখোয়না হৌথ্রবা কয়া অমম্বং ইতিহাসতগী থঙবা ওম্নি। মসিমক বিজ্ঞানগী তমথীরবা থুদোম্নি হায়নিংঙি।

ইবেতোম্বীসু মতম অদুগী মীনি। মহাক্কি অহল লমম্না য়'দবদগী লাইরিকসি য়াম্না তমতৌত্রে, ইবা পাবদং হৈরগা অদুম তোকখ্রে। শোক কুম্হ্রাগী লোইরমদাই কাওবসি অওনবগী লাংদাই ওইবনরা করিনো থঙদে, মীশিং অসিদসু ওন্থোক্লা ঙকথ্রবা রাখল অমা লৈরম্মী। মুপীনা লাইরিক লাইশু তম্বসি ওক্রুশী'দা চল্লম্মী জ্ঞান থরা তারবা মোংচুপকী সভ্যত'গী মঙাল থরা ফংলবা অহল লমনশিংনা মচানুপীবু লাইরিক তম্বা স্কুলদা থাবদা প্রজাশিংনা, মচাসি মাংহনথদোরে” হায়হুনা ময়ুমদা চৎলগা থিংনরম্মী। অদুগুম্বা সমাজগী থারবা মিংয়েং নমথেক্কুনা লাইরিক লাইশু হৈবী মুপী থরা থোকহৌরিবসি, অনৌবা জ্ঞান পীবদা লময়ানবা থরগী মপান-দগীনি, মথোয়বু ঐখোয়না কয়ারক হয়া থাগত্তবা ওমদে। ইবে-তোম্বীদি মতম অদুগী খুদোংথীবা পলশিং অদু নমথেকপা ওমদবদগী ভুহৌরবনি। হৌজিক্কি মহাক য়ুম পানবগী বিদ্যাদা মপূং ফানা হৈরবী মুপী অমা ওইনা লৈখ্রবনি।

পীক্লিবক তিমমপানি হাংগত্রা কনৌ্না, ইবেত্তোম্বীপা ঐগসি লাল মনুঙদসু খুল অমত্তদা লাল চেনমীনয়ম্লে। ঐখোয়সু খুম্বোং হায়রিবা খুল অসিদা লাল চেল্লী, মহাকসু কদাইদগীনো খঙদে, মকম অসীদা লৈরম্লে। মহাক্কা ঐগা পীক্লিক্তৈদগী তিমন্নকপনিনা মকম অহুদা য়াম্না হুংঙাইনা লৈমিম্লে। ঐখোয়না লৈরবা মায়কৈ অসোমদনি মীলিটরী কম্প য়াম্না লৈতবনীনা, মখোয়গী অকিবহুমদি লৈতে অহুগা এরোপ্লেন পাইরকপগী অকিবহুমদী থক কাউবা ওমদে। এরোপ্লেন হেক পাইরকপদা, খোইদোস থুক থুক লাউই, খোঙ হাম্নীওডি খোংবান্দা, কাওখদা চঙবা থক তোক্কে। এয়োপ্লেন্না ঐখোয়গী মপা হেন্দোকপ্রগা থোরক্তুনা মহৈ মহৈ নোক্কে, কদাইদা লোৎলুই হায়না হংনৈ। পুক্নীঙদা কাওখিবা থুক লাউবসি থক কাউবা য়াদে।

খুঙংগী পুন্সি কনা য়'ম্না চম্না লৈজরবনী। অহুবু ইস্কালগী অনৈবা পুন্সি অমা হাপচিন্দুনা মখোয়বুসু ঐখোয়না নৈহনগদবগী হোৎনরুই। ইস্কালগী লমহেনবা পাখঙ খরনা গ্রামোফোন খোংজীনবীহুনা, হারমনীয়ম খোংজীনবীহুনা শুকহল্লী, মনাক্তা পাখঙ, লৈশাবী কয়ামরুম খোমজিল্লী, ময়াবহুনা মীত্রংগুম্না খল্লী। কনাগুম্বা পাখঙনা কাগীদগী অওইবা ওইনা লৈশাবী লোশিনখিবসু য়াওই। অময়োমদা শুকম-ঙৎকম খঙদবা, চাবসু তাওশিল্লকপা, উপায় লৈরক্তুনা য়াওজারকপা সনা লুপা, কি-রোল, অরু-অহেন কয়ামুক য়োম্হোক্তুনা চাথোক্লগা, মরু তোক্তুনা হনখিবসু কোঙ্গায়নি।

ইবেত্তোম্বীদি খুম্বোংদা ময়ুম পান্দুনা লৈতৌরবনী, ঐনা ইস্কালদা অমুক হন্নরুবনী। মহাক্কী মপুরোইবহু লোমীনি অহুবু চাবা-থকপদী য়াম্তে। মহাকসু ইস্কাল মুপী অমা 'লৌজরবনী হায়হুনা মপুক্নীঙদা হয়াওজবা, চাউথোকচবা অমসু পোকচৈ। ময়ুম মকৈহু য়াম্নমক হুংঙাইবা নত্রবসু ময়ায় ওইরম্বা ইমুঙগী য়ুম্বাম্নী।

মতম ফনা য়াম্না কুইগ্রবগী তুংদনী। ইবেতোম্বীনা ঐবু চাককৌই। ঐগু মহাকপু উন-নীঙবগা লোয়ননা য়াম্না হয়াউনা চংলী। থোইদোক্না অঙকপনী, চহী কুন্থ্রামুক্কী মতুংদা ঐনা চংপদা ওল্লম্নীবা মায়কৈ অ'সগী মওং'স। ঐখোয়না ইম্ফালদা লাকপা মতম অদু কাওবদা খুম্বোংগী লম্বীসি উফুল হৌ হৌরী, নোংজু-থাদা লৈখোম্না চংপা ঙম্নহৌদ্রী। অদুবু ঐনা হন্দক চংলুবা অসীদদি উফুল উংদ্রে, খুম্বোংগী উপাক্না শাবা থোং মচাদু লৈরমদ্রে মহুত্তা অফবা অচৌবা থোং অমা লৈয়ম্লে। থোংখোঙদা কৈথেল মচা অমা লৈহৌরকুনা হৌজীক্তি লৈরেল অচৌবা অমস্তুং হুকানাশিং ফনা য়াম্না লৈরম্লে। মসীদসু নত্রী, খুঙংগী ইনা কুপ্পা য়ুম মম্নাম অদুগী মরক্তা টিন্না কুপ্পা অরুংবা য়ুম থম্না ফজরবা ফুরং দলাল কয়া অমসু শাগৎলক্লে। বসন্তগী হেক কুমথবমক্তদা ঐহাক ঙৈহাক্তং ঙক্কুনা কোয়-য়েং য়েংই,— ঐনা মহৌশা লৈরম্বা খুল অদু নত্রবরা হায়না! ইবেতোম্বীহোয়গী ময়ুম খংবা ঙমদ্রে। থোং খোঙদা লৈরম্বা মী থম্নদা হংবদগী তাকপীগনা উচীন-নাগোম্না খঙজরম্লে।

ইবেতোম্বীহোয়গী ময়ুমসু মহৌশাগী রাগী য়ুমদু লৈরমদ্রে। মতমগা চুনরবা চেক্কী য়ুম, মতমগা চান্নবা য়ুমগী লৈতেং, মশা মউ তনান-তনান, য়েংবদা থোংদোক্না মিং পেম্নীংঙাইনি। মচা মশূশিংদুসু ফিজেং-চাকশেং তনান তনাল্লী। মচাগ্নপী অদুনতু লাল মনুঙদা পোকপনি। মহাক এম, এ'স, লোইরদুনা হৌজিক রিসার্চ তৌরী হায়। মহাকসু ছুটি থোয়ক্কপনী হায়দুনা লৈরম্মী। মহাক্কী গুপাদুসু মহৌশাগী ফু-রাউনবদু লৈরমদ্রে, অয়ুক মুংথিল ময়ুমদা লৈবা কাওগা ফৈজোম তোমাল শেতুনা ফুরীৎ অঙৌবা লীতুনা অযৌবী থাক্কী ভদ্রলোক ওইরম্লে।

ঐহাক অহানবা মথোয় ইমুঙ চঙখিবমক্তদা হঙোইবা পোকই,— ড্রোয়িং রুমদা থারম্লীবা সোফা, টেবল, ফম্বদা থোইদোক্না হঙোই।

ঐসু খল্লকই,—ইবেতোম্বীনা ঐবু চাক কৌরীবসি মহাক্কী অকে-অমো কয়াসি য়েংহনগদবগী ওইরমাল্লে। ঐনা চঙখিবদা মহাক্কা তরাম-তরাম ওক্লম্মী, ফনা মুংঙাই। মহাকসু ঐগী নাক্তা ঙহাক কল্লগা, নচা কৌগে চা লোলহনগে হায়দুনা কৌরকই,—"মেম্মা" "মেম্মা" হায়বা মিংগৌসি ঐনা তাবদগীদি মসীনা ইহাম হাল্লী। তাবমক্তা ঐ ঙকই, কদাইদগী লাকপা মিংথোল্লো। মমা, মপানা লুনা তৌজবা মচাশিংবু কৌনৈ,— "ইবুংঙো", "ইবেম্মা"। হৌজিক্তী ইবুংঙো, ইবেম্মা লোইনা মাঙখ্রে, মহুত্তা,— মেমচৌবী, মেমচা, মেমতোন, মেমপিশক, ইঙো. বোয়, থোকা অসিনচিংবা। লোল হায়বসি অরেপ্পা লৈতে হায়বসি চুম্বা ঙাই, চহী খুদীংগী, য়ুগ খুদীংগী অনৌবা লোল অমমম অনী'দি থোরকপসু অঙকপা নত্তে। "বোই" হায়বসু ইংরেজীদগী লাকপনি, অনৌবা নত্তে, "ইঙো" হায়বসু থায়নদগী কৌনরকপনি তৌবতবু থায়নদি অঙোম নিংথৌদা কৌনরম্মী হায়রনৈ। অদুগা 'মেম্মা' নত্রগা 'মেম্মী' হায়বা মিঙ্গৌ অসীদি অনৌবা চঙলকপনি, মসী কদাইদগী থৌরকপনো হায়বদুদি লোলগী বিদ্যাদা হৈ-শিংলবা কাংবুনা থিকম থোকই। মসী ঐথোয়না খনবগী মসুঙদদী অশুম্নসু ওইখিরম্বা য়াই,— গোরা নত্রগা অতৈ সাহেব লাল্মীশিংনা মুপীমচাশিংবু 'মেম' কৌরম্বা য়াই, মদুদগী অস্তুম কৌনরকুনা মমৈথংদদি 'মেম্মা' তারক্লম্বা য়াই। ওইনিঙবসু ওইজসনু ঐখোয়গীদি লোলগী পুক্কী হেনগৎলকপনি, কম্মিসু শাউকম লৈতে।

চপচাবা মতম য়ৌরদুনা চাকশঙদা চঙলে। এঙ্গাং মথেল য়েংখদা ফনা মুংঙাই, ইম্ফালগী ইনাকখুনবা মীগী ইমুঙদসু ঐহাক চাক চাক্লয়ে, অদুবু মখোয়গী মথেল অদুক য়াম্বদুদি খেংনরক্তে। মচা মুপী মেম্মনা সেবা তৌই, হৈ-শিংই, থায়নগী মঙং মান্দ্রে, ঐনতা থায়না ওইরুয়ে, ফনা ইকাইবা য়ানী, ঐহাক মতমগী

খোঙ-থাঙগা মায়না চংপা ওমথবা মী মাখৌ। মেন্নহু মীকৌ-মীয়ম য়াম্না কৈ, মী অমী, ঐগা মাগা মসিগী মমাঙদা অমুক্তংসু উয়খিত্রি, অদুবু মমাঙ-মমাদোনা তৌই, ঐদি তৌকম খঙদদুনা কনদুম থাখ্রে। মী অপ্পা হায়বসিন্থু য়াম্না অরুবা কনা অমনি, হৌজিক্কী মতমদদি মসিগী কলাসি মপূং কানা হৈঙবা মীদি মী নত্তে হায়দুনা শীং থানজ্রবনি, অদুবু হৈনদবা মী অমদদি কনা য়াম্না হৈনদে ইতোম্মতা ইকাইজবদুম পোক্লকই। মথেল লুক্কোই মমামদু নিংথিনা চারগা, ঐহাক ইবেত্তোম্বীগা বিদায় তৌনরম্মে, ইয়ুম মায়কৈ পাংলক্লে।

# ৮

হন্নকপগী লবীদা যস তোংবা তোংবা ঐনা যাখল তৌরমই। —ঙসাইগী মেম্মগী শককম, ইংেতোম্বীগী ইমুং, খুদংগী খককম। মহৌশাগী ফীভমদগী ওল্লবীবা খোটদোক্লা খন্থনিঙাই ওই। ওল্লবীবা পুম্নমক মতমগী মতুংইনবনি মত্রগা চাওখৎনক্লীবদি হায়দুনা তুমিন্না লৌসিন্নসিবা মঙ্গগা খুন্দোক খজিন তৌবা য়াম্নিব্রা ? যাহং অসিগী পাওখুম ইয়াম হেক লায়না পীথোকপন্নু য়াঙ্ত্রি, খন্নদং মথা তানা নৈনবা ভাবনি।

ঐখোযগী হায়নবা অমা লৈম্লি, "শন্নাং কোইকক্লিবিদৈ, কুম্নং-মাদা চিল্লিদৈ" ঙ'লদি কদাই শন্নাং কোইককবিমা কদাইদা; মাপগী কুম্ন'না কদোমদা। মতম অমগী মেম্মগী কোইককবি শন্নাংনা, ঙসিদি কয়ম্না লবাই লেমফুদা তাখৎতুনা চোঙা মহম শাগ্রিবা। খুমিং খুম্না শেংনয়ম্বা কনেক খোইদোম্না, ঙসিদি কবিগী খুকউ মথক্তা স্কার্ট মচেং অমা শেংকল্লবা. কয়ম্বা মতমদা পুরকখিবা অওনবা থিবদা কমা য়ানা খোক্কনি। কুপাগীন্নু অহু মত্তাই কৈকোম তোম্মান শেংলিদৈ হায়ন-বম্মী : হৌজিক্লা খোঙগ্রাউ অয়াওবীদগী অখুবী, হৌজিক্লা অমুক মতোম লাওয়গা মমাম চেংবী; লোইবা নাইদে ওনবগী, কয়ম্বা খুগকী অওনবনো হায়ব ওমদে। নোংচুপকী সভ্যতা থাগত্তবা ওমদে; ঐখোয়দা লৈবাকমচাতাবগী জ্ঞান কয়া পীরম্বীদমক। অহুবু খুকউ মথক্তা ফি শেংপা হকী মওং পুম্নমক লোইনা উখোকপা ফিবেং অসিগীদমক্তি য়াদবা ওমদে।

মীওইবন। শেল য়াম্না তিংনা অকবা অমসুং কজবা ফি-য়োল শেংলি ইল্লিবসি; সমাজদা ইকাই খুম্নবা উৎপনি। হকচাংগী কায়াৎশিং উৎলি; লিলাদা সিনেমাদা—শেল তাম্নবগী দমক। মুমিৎ খুদিংগী পুন্সীদি শেল তাম্নবা নত্তে। তৈচাকী মকদা থোকপা অমসুং ভাবোক্তা মুংঙাইবা পীননবা হোৎনব। পুন্সী অছুবু ঐখোয়না অশেংবা পুন্সীনি হায়না লৌরবদি অশেংবা পুন্সীদি কদাইদা থিরুগনি। তোঙান তোঙানবা জাতিগী তোঙানবা ফিজেৎ মওং লৈরিবনি, মসিনা জাতি অমবু মশক তাকপদা মরুওং য়াম্না পাংই। অদুনদি ঐখোয়না ঐখোয়গী ওইজবা ফিজেৎ-চাকচাসি নোংম নোংমগী অসুম থাদোক্নুনা মাঙখ্রবদি ঐখোয়গী জাতিগী শকতম অসিসু নোংম-নোংমগী মাংথরকপা য়ারিবনী অদুনদি ফিজেৎনা পাংথোক্লিবা মথৌসি অরাইবা নত্তে। সমাজনা য়াদবা ফিজেৎতু ঐমা পান্থী হায়দুনা হেক শেৎপসু য়াত্রি, মরমদি মী অদুনা মানা লৈরুরিবা সমাজ অদুবু পের্লহমবা অমসুং ইকাই-খুম্নবা তাবনি।

অময়োমদা অমুকক্ ফিজেৎসি থোদোক্কী মতুংইগুম্সু শেৎনৈ। শ্রদ্ধাগী মুপানা খোঙগ্রাউ উপ্নুনা চৎলবা, মুপীনা কনেক মপাম নাইবা, ইম্নফি অপাবা অমসুং মরৈ পয়েং শিন্দুনা চৎলবদি; অউবা মীশিংনা মথোয়বু কন্নি হায়না ভাংনগনি,—ভাওই, ইচু থংদে মন্ত্রগা মী উশিত্রিবনি অনিনচৌংবা কয়া ভাংনবিবা য়াই। অমুকসু লৈশাবী অমা লুহোংবদা খেলবটন অমসুং কাইব পিছ লিন্দুনা চৎলবদি সমাজনা কন্নি হায়নগনি। অদুনদি ফিজেৎকী মথৌসি সমাজদা কয়া চাউথ্রবনো। ঐখোয়না শেংনিঙঙৌ ইননিঙঙৌ হায়দুমসু মতম মতম চাদনা হেক তৌবা য়াবা নত্তে।

অওনবা হায়বসি চাওথৎপগী চাওয়বা খোঙথাং অমনি হাইবাস খ্বাই পুম্নমক্কা য়ানরবা য়াকন্নী। অদুবু ঐখোয়না য়েংগদবদী ওন্নক্লিবা পুম্নমক অসি করম্বানি হায়না লৌরসিন্না অসিংবী। অনৌবনা

অরিবদগী য়েন্না কত্তবন্থু কোঙ্গাই অমা য়াওরি। অময়োমদা অরিবা পূম্নমক কন্দ্রবশি হায়বন্থু য়াদ্রি। অরিবা পূম্নমক অসি কন্ত্রে হায়রবদি ভারত সরকারনা করিগীদমক অরিববু য়োক্তুনা থমবগী থৌরাং তৌরম্দগে। তোঙান তোঙানবা জাতিশিংগী তোপ তোপ্পা মওং অমমম লৈজরিবন্থু অম্নুম মাঙশিল্লক্লবদী মমৈথংদদি জাতি অমনি হায়না উৎনবা মচাক লৈরক্লরোই। নেসনেল ইনটিগ্রেশনগী মিংথা অমত্তা থাকহৌদনা পূনশিনখিবরক্লা হায়রীবা পান্দম অদু পুরকদবদী নত্তে. মরু ওইরিবদী— রাখল, পুক্নীঙ, থম্মোয় অমত্তা ওইবনী। তৌজিক্কী সমাজদা চংনরিবা অনৌবা মওংগী ফিজেৎ-চাকচা অসিদি ভারতকীবু নত্রো নোংচুপলোমগী অমুক্কা শেংনা হায়রবদা হোলীউদকী ওাক্তনি হায়রবা য়াই। মসিনদি জাতিগী একতা পুরকদবা মান্দে, অহোইনচুম লাপথোকখিগদবা মাল্ল।

ঐথোয়গী মৈত্রবাক্‌স িংনা কোয়শিনবা মরম্মা চাত্তথৎপগী মঙাল থেজনা য়োরকই গায়বসী চুম্বা তাই। নোংচুপলোমদা থুকউ মথক্কা স্কার্ট শেংপা য দ্রে হায়তুনা থিংলবা মতমদা ঐথোয়গীয়োমদা য়াম্না কম্না চংনরকই। অহব্ তৌজিক্কী মতুমী মহুক্তা থোঙগ্রাও আচানবীনা শিনগ্রবনিনা থজিক্কংদি শাফরে হায়বা য়াদ্রে। ফিজেৎনা মীওইবগী র খল অমন্থুং পুক্নীঙ তোংহল্লী। মসিমক্কা মরম ওইহনা নহারোনগী মন্থুঙদন্থু লম-হেনবা মশীংসি নোংমা নোংমগী হেনগৎ-লকই। মুপানা মুপীগী ফৈগল উবা য়াদবা হায়বসি মৈহৌরোনদগী হৌনা চংনরম্নবা নিয়ম্নী। অসিগুম্বা উবা য়াদবা হক্কী শরুক অসিবু মুমীৎ থুদিংগী শরুক্কা, লম্বীদা উরক্লবনিনা মুপাশিংদা কামগী হৈরাং অমা তম্তনা থৌহল্লী। মহূনা মরম ওইহনবা নৌনা ময়ুম পাম্নীহবগী রাখল অমন্থুং লম্বী লমথাঙদা মুপীমচাশিং লক্লবা, অসিনচিংবা নিন্দাগী মশক ওইরবা থবক কয়ামরুম মুমীৎ থুদীংগী থোক্লকই হায়বা য়াই। অসীগুম্বা মতাঙদদী সরকারনন্থু অকনবা থবক

পাইখংপিবা মাথনী, জাতীগী ওইবা মাঙবা মাথা থবক তৌরক্লবদি মচু খিংনবা হোৎনবা হায়বসি সরকারগীম মকথইবা মথৌ অমনি। অদিগুম্বা থবক অসি মচানি হ য়হুনা থৌওইবিগ্রবদি অচৌবদি কর়ামা ওইথে কনী। হায়নবা অমা নৈ উশিং মরীক মরীক্লা পাক্লবা সমুদ্র শাগ্রিবনী, পিক্লবা নৈতোই মকুপা চাউরবা মকভুমী শাগ্রিবনী। থবক অচৌবা তৌবা ত'মবদা মতা থক লায়থোকলোই-দবনী।

য়ু থকপা, শা চাবা, মরায় শাবা পোৎ চাবা থকপা ফত্তে, হায়বসি নৈথাক্নী লুচিংবশিংনা মিটিং কপাদা লাউরি। অদুবু হোয়েল মিটিং লোইদুনা হেক হনথীবদা—ঙসিদী মাম্না মারে, পার্টি মচা অমতং তৌসি হয়হুনা থিংগদৌরিবা মীওইশিং অদুনা হাইসকী, ত্রেন্দী মত্রগা ইরৈবাকী পোথোক অদু কপ অমা অনিদং য়োৎশিনখীবদা ওসাইগী মচাক্না খিমেবা তাংখীবা পুমমক লোইনা কাওথোকখিহুনা,— তাওয়ো, হুংঙাইয়ো হায়হুনা নৈপাক খওদে, কমুত্ত খওদে, থয়ো থয়ো ঙমূনা অদুম নৈগ্রবনী। অদুনদী কন'মো থিংলগদৌরিবাসবো। আইএ শেমগদৌরিবা মখোয়না অইনবু ইকাই খুমজ্রবদা কনা-না আউবু থোওইরগনী। নৈথাক' সেবা তৌগনী হায়দুনা চো'থোরক্লীবশিং অসিন' ম তন্দদী শোক্লি, অকবা বা কয়া ফিদমকম ওইবা মীশকশি·গী পুক্নি বারী কয়া। মখোয়না খাইদগী তৌয়না খোক্লিবদী মহাত্মা গন্ধী, মেহরুনী, অদুবু গান্ধিদী ভক্তশিং অসিনা গান্ধী নীতি ইল্লিবরা? মতিন্দদী তোয়না পল্লি মহাত্মা, তৌথোয়কপদী মহত্ত্ব ইয়াও মাওদে। গান্ধীমু খাদি শেংখি হায়দুনা পংশেং শেংলগা খা'দগী মগুণদী তাকনা কয়ি কায়গনি। অহিংসা, অহিংসা,—চীনবান্দা—থবক্তী হিংসা তাক্তা। গান্ধী ভিদি মীনা চৈরগা কুরগা খুং হন্দে, ঐখোয়গী ইলেকসন নেতাশিংদী মিটিংদা মীনা চৈয়ক্লবদী নোংতাল্লগা ঙন্দা মেকুমা কুহনবা—ওনথোকপগী গান্ধী ভক্তনি।

জাতি অমগী [illegible] মশক তাক্নবা খুদম্নি। জাতি অমগী সংস্কৃতিহন্না হেক মাঙখিবদা জাতি অদুগী থরায়সু শিরবনী। ঐখোয়গী মমাংঙেক্তদগী লৈরম্লিবা ফিজেং চাকচা পুন্নমক ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মচল ওাক্কনি,— ঙসগোই ইশৈতনা মত্রে। ঙৈহাক্কী ওইনা মতৌ তম্বদি থোইদোক্না কান্নদবসু যাম্না নত্তহুনা চান্নবা লৌশিন্নরবদী ঐ খায়দা অকায়বা কয়ামরুম থোকপা নত্তুনা অতৈ করিসু ওইরোই। মচুদগী ওইবা ত্তাই, সমাজগী নত্রগা লৈধাক্কী মাঙনবগী মশক ওইবা নিয়ম নীতি কয়া থোরক-পদা লৈবাক্কী লৈরবা আইন সভা অতুনা মহুবু থিংনবা আইন কয়া শেম্নরিবসি। মতৌ তম্বদগী মী শিনবসু কনা যাম্না য়াওন-রবনি। ইংলিস ফিল্মগী মীহাং তম্বদা মরাল লৈজদবা মী কয়াগী মথক্কা মাঙনখ্রবনি। হৌজিক্কী মতম অসিনগা গণতন্ত্রগী মতম্নী হায়দুনা মীহাং মীপুন থিং-বা আইন অ-ক্তা লোত্রে. অমরোমদা ওাকদৌরীবা মীওইশিংনসু মথেয় মতোল তৌনজবনী, লৈবাক ঊয়াং হৌহনবা নত্তে, মখোয়না খুৎ থিংজিনবা য়াদে হায়-দুনা হৌদোংনা ঙা চাবা য়েংবগী মওংদা তুমীম্না অহুম লেপ্তুনা য়েংই। খুৎ থিংজিনবা তাদ্রবসু থোদোক অহু লোইরগা লাকপনী। মী হাৎলুরগা মতিকচাবা দণ্ড পীননবা আইন লৈরবদী খরসু মকগদবা. মহুদী নত্রবনিনা, হাৎনিঙবা মতমদা হেক্তা হাৎপা য়ারে, ফুনীঙবা মতমদা তেক্তা ফুবা য়ারে। ইতিহাসনা অমুক হন্নকই হায়ব-সন্নি কয়াম্না লাকপনী,— মতম অমদা লৈরম্বা "অকনবনা অচুম্বা শকই" হায়বহু অমুক হল্লক্লে। হৌজিক্কী লৈরম্বা লৈবাক্কী লৈঙাক মতা অসিবু কজরবা গণতন্ত্রমি হায়না লৌরবদি মসিদগী হেন্না কত্তবা গণতন্ত্র অমা লৈরমখিগদ্রা? মসি তশেংনমক গণতন্ত্রগী যুগ লোইরমদাইগী ওইরম্বা য়াই।

# ৯

চহী থরগী মতু'দা ।

ইথঙ থঙহৌদনা অয়ুক অমা ইবেতোম্বীমা মচানুপী মেম্মগা লোয়নবা ঐখোয়দা লাকখী। ঐহাক ইঙক ঙকখি, ওইথোকখনি থল্লুদবনা। শূমাঙদগী ঐবু কৌরগা অমুক পম্থবা তৌদনা ইমুঙ ফাওবা চঙলকখী ঐস্থ ফম-কমদগী হৌগত্তুনা মখোয়বু ঙকই। মেম্মচু রিশার্চ লোইহুমা ডোক্তরেট ফংলে. হৌজিক থবক অমতং ফংনবা গোৎনরি, মতুগীদমক রা-নোম্বা চৎলুসি হায়হুনা লাকপনি। রানোম্বা হায়বসি ঐঙোন্দদি তিলাই খোম্বী চুৎপা অম্মানি, অতুবু মরুপ অমনা হায়বহুদা ইরায় লায়না লৈথোকপদি ঙমখিদে। ম'ণপুরদা লাইরিক লাইঙ হৈবসি ঐখোয়না থরা হানবসিদা ঐখোয়না লোইনা ঙমগদবোই থল্লুবমাল্লে, অসিগুম্বা থবক অসিগীদমক মরুপ মপাং য়াম্না লাকই। ঐনা হংই, কদাইদনো, কনাদনো? ইবেতোম্বীনা খুম্মী, —"এম, এল, এ, গীদা"। ঐহাক চহাক রাখল তৌই,—ইস! হৌজীকপু, এম, এল, এ, গীদা। ঐমক্না হায়নিঙবদি নমা নচা নখোয় অনী চৎলুরো হায়নিঙবনী, অদুবু লম অতুক থাপ্পদগী ঐগা চৎমিন্নগনি হায়হুনা লাক্লগা ঐনা চৎলরোই হায়রবদি য়াম্না নুংঙাইত্ররোই হায়তুনা—"করে চৎলসি" হায়হুনা চৎমিন্নরে।

নিংথম-থাগী নুমিৎ ওইবনিনা ঙহাক রায়ী রাতায় শানরিঙৈদা পুং নিপাল্লোম ভাথোকত্রবনি। থেঙলে হায়হুনা প্রপপ্রপ-চৎখিববু এম, এল, এ, গী রুমদদী নোং ভাল্লমত্রি। ইবেতোম্বীসু এম, এল, এ, গা থঙনবদনি, মখোয়গী ইমুঙগী মীগদি থঙনবা মত্তে। মেম্মসু

মতাং অসিদদি মহাক্না হৈনবী কদাহু উখোকপা খজিক্কং য়াংলি। ঐখোয় অহুম্মক শূমাঙদা তুমৈয়ং লেপতুনা লৈ। মাঙোন্দা মুপী থরদি লৈ, অদুবু লৈতখগা অম্মানি। ঐদি মীকুপ অমা কাওবা পম্বনীংত্রবনি। ইবেতোম্বীনা য়াম্না হঙোইনা হায়রকই "এম এল. এ, সাহেবপু লৈত্রা লৈতত্রা'' মুপীদুনা থোশাদনা থুম্নকই—'লেঙখত্রি' ওম্থোকপনি মুপী ওইদুনা তৌরিত্রা, য়ুম্মুয়েনবীদুগী চাঙথোকচনীঙ-বদো। মতুংদা ঐখোয় অহুম মমাঙ শঙোইদা থারিবা বেঞ্চ অশাংবা অদুদা তুমিন্না চঙদুনা কন্নুরে।

কনা কুইনা ফম্নবা মতুংদা নোয়রবা এম, এল. এ, দু থোরক্লে। ঐনম্ম মাবু মশক খঙদি, মানম্ম ঐবু খঙদি, মখঙদি খন্না থেৎম্নে, ঐনা মাবু খঙবদি লাল মমুংদা ঠিকা তৌদুনা শেল য়াম্না পায়হৌবা মীনি হায়না খঙদি. মানা ঐবু খঙবনা লাইরিক লাইশু খন্না হৈবী লৈবাক্নী থবক থৌরম থরদা শরুক য়াবীনি হায়না খঙবনি। মহাক্না অস্নুমা এম. এল, এ, অমা ওইনা লৈবাক্নী সেবা তৌবা মীশিংগী মমুঙদা মহাকম্নু অমা ওইরমগনি হায়বসিদি ঐম্নু নিঙলুদে। শেলগী মহাও খঙলবা মীনা শেল পাম্নরোইত্রা? "কৈনা অহল ওইরগা শা চাদে" হায়বসিবু থাজসিন্না। ইবেতোম্বীগী বাসি মহাক্না সুকহৌ হৌদোক্লে য়াকোয় ঙাক্কা শূদুনা লৈরে। মহাক্না এম, এল, এ, ওইবগী মান্নী মহাক্নী মরমদা শেমগৎ শাগৎপা, অদুগা মীমদি মহাকপু কজনা হায়বিদবা, মহাক্নী থবক মশক খংবীদবা অসিনচিংবা কয়ানি। মতাঙ অমদা মহাক্না হায়রকখি,— "য়েংউ নখোয়স্থ, ঐনা এম, এল, এ হেক কাংদগী ঐখোয়গী মায়কৈগী লম্বী-থোং, স্কুল, ক্লব কয়া য়াম্না লিঙ-খৎলবা মথাঙতৈঙদা অস্নুমা তৌরমত্রা। অদুবু মী হায়বসে তৌবীমল থক খঙদে, তৌবিত্রে, অসি ঙাক্কা"।

অদুবু মহাক্না মসিমদি খঙজদে, মহাক্নী থবক থুদিংদা শেন্দোং য়াওরি হায়বসে। লম্বীগী ঠিকা লৌবদা ক্লব অমম্নীদমক সরকারনা

সরকারনা পীরকপা শেনফমদা মহাক্কী ৫০% য়াওরি। লাইব্রিক্কী গুণদি মশাগী সহী ফাওবা নীংথিনা তৌজবা ঙমদে, শেল লৌবগী গুণদি লৈকম খোকপদগী হেন্না লৈরবনি : অহানবদা মহাক্কী ইলেক্সন্দা চঙখ্রিবা শেলগী থরচ, মহাক্কা এম, এল, এ, ওইবা চহী অনী শুরবা ফাওবা মহু হন্থিনবা ঙমদ্রি, হায়বগী বক্তৃতা মহাক্কী মুপী অঙাংগী সমা লুপা ফাওবা লোইশিনখিবা, মহুদসু মতুনা শাগৈ নাতে অমসুং মুপী মরীরোমগী পোৎ ফাওবা শোকচিল্লুবা অসিনচিংবগী মহাভারতমুক শাংবা রারী লোইবা নাইদে। মরক্তা ঐখোয়গী প্রজাশিংগী অপবঙসু হায়রকই;— "ঐনা লুপা অনিদা ভাংনহুনা য়াহুনা লৈহৌরবহু ঐগী ইতুংদা কেন্দিদেট অমনা লুপা অহুম হুল্লমবদা, ঐনা অমুক হল্লুবদদি, রাঙাং অমা হেক্তা মতৌরকই।" মতাং অসিগদি ঐসু হায়মীংঙি.— "নহাককুম্বা অপঙবা মী অমদা ভোট পীরম্লিবা প্রজা অহুবু করম্না পঙদে হায়গনি, মপুন্সিদা নরৈবাক্কিনী হায়হুনা লৈতুম অমা ফাওবা থোনখিত্রিবা নঙোন্দবু করম্না ভোট পীরম্লিবনো"।

মেম্মহু মচিন ফনা য়াম্না থোবনি, অহুবু কারি তৌরবনো খঙদে, ইপঙ পঙশিনখ্রে, মহাকসু ওইদা পরেংদা শুম্মাংখ্রমাল্লে। ঐনা মেম্মদা হায়রম্মী,— "ইবেম্মা নঙনা ভাংনগদবা করিনো ভাংনরো, থেঙলে চৎমবা তৌরসি"। মেম্মমা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা হায়রম্মী,— খুরা ইবুংঙো, ঐগীহু করম তৌথিগদৌরিবগে" ? মহাক্কী মঙংহু 'শুম মেংবদা "খুরা ইবুংঙো" হায়বা রাহৈহু হায়হম্লিঙ·দবগুম উই। খঙশিন্নদনা খুম্লকই,— করিগী মরমদনো ইবেম্মা ? মেম্মনা মথা তারকই,— "ইমানা ঐগী থবক্কী মরিদা হায়রম্মী হায়বদো। মহাক্কা কাউশিনৈ,— "ঐদি ইকাওবা কাউথোকউরে, নহাল নোংমদি উম্নরম্বগুম তৌথি অহুবু থবক মফাং-মফাং তৌবদগী হায়হৌদরে, খ্বাইদগী লুপ্লিবদি হৌজিক্কী মতম অসিদা থবক অমা তৌগে হায়ররবদি অথেন-পোৎ নত্রগা দক্ষিনা থরা রাওদবা য়াদে"।

মেম্মনা নোকখেং তৌনা লোইশিল্লকই,—"মহুক্কী বুদি খ্বাইনা তৌনরিবহ ঐখোয়স্থু অহুম মতৌজগনী" হমানস্থু পাংশিল্লী, "মহুক্কী দি করি'মতা মুংশা থীবিগন্‌, অসুক্কা মতিক চায় হায়রবহ হেক তাকপিরগা লোইরে"। অরোইবদা মহাক্না হায়রকই,— করে ওসিদি ঐহাক শোয়দনা হায়রগে।

ঐখোয় অহুম হনমিন্নরক্লে। ঐনা ফাগী তৌই, ওস্লোকপা হায়বহুনি, "চেংবা কাননবরা হায়ববু চেংবা কুম্নবা তারে"। ইবেতোম্বীনা নোক্লগা হায়রকই,— করি তৌরবগে ?

ঐ পুরগা ফগদ্রা থনবহ, ঐ য়াওবদগী লৈখায় তাত্রেদনা।

মও য়াওবগী নত্তেদা, ঐখোয়না মেন তাদহুমা তৌবনি।

মেম্মনা হায়রকই,— "কৈদৌনি, মানা য়াদ-য়াদ্রগা থবয়দা কোক হেক হাপ্পিরগা লোইরে।" ঐনা কয়েম্মে;— "থবরদা হাপ্লিবসি য়ামদ্রেদা, অহুবু করিস্থু নাচুংবিদে। থবয়দা অহুক্কী মতীক তোয়না হাপ্লগা শেল খোমজিন্দবা অহুক্কী মতিক হেল্লী।"

মেম্মহু মতমগী মুপীমচানি, থবক্কীদমক খোয়াংবা, — লুপা চনী তলবক্কীদমক লুপা লিশিং অনি পীথোক্লিঙিও। হৌজিক্কী নহারোম্মা সরকারগী থবক্কীদমক খোয়াওঙি, লনাই থবক তৌরগা নত্রগা মীয়ামগী য়াইফবা থবক্তা মিংচৎ তানবা পামদে। মেম্মা চাবা থকপা য়াত্তবা ইমুগী মুপীমচানি অহুগী মথক্তা মহেম্থু মপুং ফাবা হৈরবী, মহাক্নী মুপী অমনা লৈবক্কী লুচিংবী অমা ওইরকপদি হেয়ত্থম মতিক চারবনি, অহুবু ঐনা তৌহঞ্জনীঙবনি, মহাক্কী পাম্মদে। অহুনদি থবক হাপ্পা ঙম্বা মীওইশিংনা থবক তৌনিঙবা মীশিংদগী শেল লৌবা হায়বসি মশানা তাজরবা য়াকম্নি।

মখোয় অনি চৎথ্রগা ঐ ইতোমতা নিঙশিংলকই, ঙসাইগী এম, এল, এ, তুগা পুং অনি চুপ্পা য়ায়ী শায়কপহুদা মহাক্না করিগুম্বা মতাং অমত্তুদস্থু মশাগী ওইনা অসিমতং তৌগে নত্রগা অনুম্মা তৌরবদি লৈবাক্কী ওইনা কাম্নগনি হায়বা য়াকম অমত্তা পনখিদে,— মহাক

মশাগী ওইজবা থিবা নত্তনা। অদুনদি মচাক্স্বা মীওই অমগী থোপ্তুগী থোরকপা য়াগনা অহনা শেম্বা আইন অদুগী মখাদা ঐথোয় য়ী লাক্ক তরাদগী হেনবনা নৈগদৌরিবনি হায়বসি খল্লুবনা য়াদবা ডমদে। গণতন্ত্রগী য়াহৈদা, মহৈ হৈবা হৈতবা লায়রবা ইনাকখুনবা খাযদে মীয়াম্বু য়ারবদি প্রেমগী লুচিংবা ওইবা য়াই হায়বা অসি ফাওবাদি য়াম্না ফজরে অদুগা থবক ওইনা তৌথোরকপদদি য়াম্না লুজদে। অদুনদি গণতন্ত্র হায়বসি চেদা ইনা মখৈদি য়াম্না ফজে অদুগা থবক ওইনা পাওথোরকপদদি মশক মওং কয়া থোক্কে হায়-রবস্ত পংলান লাল্লরোই। মরমদি হৌজক্তী গণতন্ত্রদি,—শেলতন্ত্রনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী মন্ত্রী নত্রগা এম,এল,এ,শিংগী মথক্তা পেন্দবা কয়া লাওনরি, থবক হাপ্পিয়ু য়াদে, শেল লোগে হায়রকই অসিনচিংবা কয়া। মসিগী মতাঙদা প্রজা ঐখেয়গীস্থ অয়ানবা খরদি য়াওদবা নত্তে, ঐখোয়স্থ শেল চায়, শেল লৌই, ঐখোয়গী অফ-ফত্তা, লায়র-অনওগী লাইবক লেপকদোরিবা ভোট অমস্থংত্থু শিকি মওাদা যোম্থোকই চুয়া শিঙ্খিল্লদে। মরম অতুনা ঐখোয়না লোহোবা শেল অত্থু মথোয়না অমুক লৌবতনি। মন্ত্রি অমস্থং এম, এল, এ, বু চয়া থবক ভৌহনগে হায়বন'দ ভোটর ঐখোয়স্থ থবক চুয়া তৌবা তাবনি। ঐখোয়না খল্লস্থা ইরৈবাক্কী মীনা শাসনগী চুপ্পী পায়রগা লৈবাক নিংথৌ ফুংঙাইগনি হায়না খল্লস্থ হৌজিক্কি মও ওইনা থোক্লে। হৌজিক্কী মীথলদি মী অফবা মরৈবাকপু ফুংশিবা, চাওখৎহন্নিঙবা মী খনবা নত্তে, শেল লৈবা খরচ য়াম্না তৌবা ঙম্বা মী খনবনি। অতুনা ঐখোয়গী প্রজাগী মইহুংনি হায়তুনা কারক্লীবা মীওইসি অয়াম্বনা ঠিকাদারগুম্বা লক্লোনবা, শেঙ্গাও পারবা, অসিঙাক্কুনা অয়াম্বা; ওইগ্নিবসিনি। মীথলদা শেন্দি অয়োইবা তম্না চঙশ্রবনিনা হয়েং মন্ত্রি ওইরব মতমদা শেল লৌরগা লোহোরে নত্রগা লেঙত্রবা লল হায়বদি লম অনৌবা, দুকান প্লোট, মচা মনাওগী নত্রগা মুপীগী মিংদা পানশিন্দুনা লোহোবা মসিত্তনি হৌজিক ওইরিবা লৈবাক্কী শাসন মওং অসি।

করিগীস্থ তৌয়োই, মখোয়না শাসন পায়গদবদি চহী মঙাতনি, মরায়বক থীরগা চহী মঙা য়োদখস্থ য়াম্লিবনি। অতুনদি মতম খরা মখোয়না পায়রিঙৈদা অঙম্বা মখৈ লোহোনবা হোৎনবা হায়বসি

মশানা ভাবনি। চহী মঙাগী থৌরাংগা মখোয়গীগা অঙ্গানি। মীখলগী শেল হঞ্জিন্নবা হোৎনবদা অকাবা কাদবা চপ মাট্টে খন্ননা কেরানীগী মনাক্তা, খন্ননা মন্ত্রীগী মনাক্তা,— জর্নেলিষ্ট অমদগী হেক্লি পাও লৌবদা, কদাইদা ওঝা হাওলি, কেরানী কয়া হাপকদৌরি, কনা ত্রান্সফার তৌগদৌরি, কনা ছুটি লৌগদৌরি। মন্ত্রীশিংসু মখোয়না হায়বা ইন্দবা য়াদে মরমদি মখোয়না হেক য়াদবা মুমিত্তা চৌকিদগী ওন্থগদৌরিবনিনা শেন্দোং তান্নবা হোৎনবদা প্রজাগী চাওখৎ থৌরাংদি মঙ কাওবা মঙখিদ্রে।

ইং কুমজা ১৯৬৮ দগী ভারতকী রাজনীতিগী লবুক্তা খ্বাইদগী চাওবা অওনবা অমা লাকখি হায়বমক য়াই। হায়রিবা চহী অসিমক্তদা অমুক্তা থোকখিদ্রিবা থৌদোক কয়া থেংনখি। প্রজাশিং-দসু ওন্থোকপা ঈরাং অমা হৌহনখি,— থাজবগী হয়াওবা, থাজদবগী অরাবা। রাজনিতিগী শেন্দোং তানবা কাওবুম্বা মহাক্তা খ্বাইদগী পামজৈ হায়তুনা য়াওজরুব্রিবা দল অহুগী নীতি পুন্নমক থাদোক্লমলগা মশাগী শেন্দোং তান্নবগীদক অতোপ্পা দল অমদা য়াওশনখি। অসি-গুম্বা মতাঙ কাওবা য়াওখি- এম, এল, এ, অমদা লুপা লীশিং কুম কুন্থ্রা য়ৌবা। খবরদা হাপ্পখি,— 'এম, এল, এ, নোট কোর শেল।' মসিনা লোইবসু নত্রে, শেল লৌথোক্লগা মহাক্কী দলদা অমুক হঞ্জিনখিবসু য়াওরি। অসিগুম্বা রাজনীতিগী ঈরাং অসি ঙল্লবসু খেঙলবসু, সনা লৈবাক্কসু য়ৌরকখিদবা নত্তে। হৌজিক্তি সনা লৈবাক্কা কয়বার অসিদা খ্বাইদগী হেন্না হৈনবা মফম অমা ওইরক্লে। মন্ত্রী মশীংদি য়ামদে, ওইনিঙবদি য়াম্মী, মশিমক্তা মরম ওইদুনা সরকার মশীং লাকঙমদনা কায়খি, লাকঙমদনা শেম্মী।

নোংমা ঐগী মরুপ্পা মচামুপীগা লোয়নদনা চৎমিন্নরুবা মুমিত্তু দদি মহাক্তা কয়িগুম্বা অরেপ্পা রা অমত্তা হায়রক্তুবনিনা, ইবেতোম্বীনা ঙসিগা অমুক্তং চৎমিন্নরুখিসি হায়তুনা লাক্লম্মী। ঐসু য়াম্না চৎ-নিঙদনা মহাক্তা মুংঙাইথ্ররোই হায়তুনা চৎমিন্নরম্মী। ঙসিদি মহাক

মহৌশাগী মতোংগুম্না তোরমদ্রে, অদুনা হোৎনগা চৎকদবগী থৌওং তৌরম্মী। ইবেতোম্বীনা হংই— "কদাইদা লেংবিগদৌরিবনো ?" মহাক্না নোকক্লেং তোনা খুম্লকই— "ঐহাক কংগ্রেস টুপী উপ্লবোটি, মশাগী ওইজবা ডান্‌বা কাওবু অসিগা তিন্নবা পাম্মদ্রে. সংযুক্ত বিধায়ক দলদা য়াওজরে। ঐখোয়গুম্বা মীওমদগী মীনা কংগ্রেস য়াওবা ইতীক নত্তে; ঐবুশু মখোয়না কম পীগনি হায়দুনা থেমদুনা মখোয়গী ভোট পীহল্লগা, মখোয়না সরকার পাযরবা মতমসিদদি ঐবু হন্না য়েংবিদ্রে।" ইবেতোম্বীনা অমুক্কা মখা তানা হংখি,— অদু তাই-বুংতোদি অনৌবা দল অদুদা করি ওইবিগদৌরিবা ? "কম ওইবগী য়া নত্তে, শেল হঞ্জিল্লে" মহাক্না শককম হঞ্জিন্দুনা খুম্মী।

কনা-না পীরিগা ?

"কম ওইগদবা মীশিংনা। ঐখোয়গীদি শেল কংহৌরগা লোইরে. সহী কাওবা তৌবা হৈত্তবা ঐনা মন্ত্রী ওইরুদুনা করি তৌগনি, লাই-রিক লাইশু কয়া নিংখিনা হৈতবা মীশিংনা অচৌবা কম পায়রবসি য়েংবলা য়াম্না রায়।" অমুক্কা মতোমতা পুখলাংলাওখি। ইবেতোম্বীগী মতাওদমদু পল্লম্মী— "ইবেম্মগীদু হন্দক্কী ওন্নীবমথৈ হোৎনজরগে।" ইবেতোম্বীনা "শোয়দনবা হোৎনবীয়ু" হায়রম্লগা ঐখোয় অনি অদুম লাক্লে।

মহাক্কী মওং য়েংলগা রাজনীতিগী শকফম করিনো হায়রবসি মুন্না খঙনা ওন্নবনি। প্রজাগী সেবা তৌজগে চোংথোক্লবা পুম্নমক মশাগী সেবা তৌজবা ওাক্তনি। মশাগী ওইজবা থাদোকপা অদুবা কনাবু য়াওরিবগে ? মহাক্না অচৌবা কম অমা পায়রিবৈত্তদা শাগৈ-নাতে চাওহলহৌগে হায়বা ওাক্তা। মরৈবাকপু মুংশিবা চাওখৎহন্নীওবা মীওইদি য়াম্না তাওখি। গান্ধীজীগুম্বা হরিজনশিংবু মুংশিবা, লোখা শিন্নী কয়াবু, চাবা শেৎপা রাৎহন্দনা মুংওাইনা পুন্সী লেলহনবা পাম্বা লুচোংবদি লৈতে হায়রবা য়াই। মন্ত্রী ওইদ্রবমদু এম, এল, এ,

ওইক্রমম্তু প্রজাগী সেবা তৌবা য়াই হায়বসি কনা'মতা খল্লদে। রাজ-নীতি দল অমদা য়াওরবস্তু, দল অতুগী নীয়ম নীতিমা মাগী মশাগী স্বার্থ শোকদবা ওইরবদি দল অতুদগী চেক্লা তোকপনি, অতুম দ ঐখোয়গী অশেংবা লুচিংবদি কনাইমগী শোনকনি। ওসি কাওবগী মতুংদা অসিগুম্বা দল অমনা সরকার পায়বদগী লৈবাক্কী ওইমা অচৌবা থবক অমা পাঙথোক্লম্লে হায়বসি ঐখোয়না উথিংদ্রে অতুনা মনীং তম্লবা লৈবাক অমা ওইজরবস্তু ওসি কাওবা হান্নগী ফিবমাগী করিস্তু হেক্ষ্রিবসিনি।

লুচিংবা হায়বসি পোকপদগী ওইরকপস্তু য়াই, শেম্বস্তু য়াই। ঐখোয়গীদি পোক্লকপস্তু য়াওদ্রি, শেম্বস্তু য়াওদ্রে। ঐখোয়গী সমা লৈবাক্কী সমাজ অসিস্তু ওস্থোকপনি, কনাগুম্বা অমগী অকবা উরবস্তু মতু য়েংবা ওম্নদে, মহাক অতুবু করম তৌরগা নমথবা য়াগদগে হায়বসি কন্না খল্লে অমস্তুং হোৎনৈ, মসিমক্লস্তু যরম ওইতুনা ঐখোয়গী লমদম অসিদা অচৌবা মতীকচাবা মীয়ামগী লুচিংবা থোরকপা ওমদগনি হায়বা য়াই। অওনবা অমস্তুং অফবা সমাজ অমা পুরকপা হায়বসি অকবা লুচিংবা অমা চঙভি,— থবক, পুক্নীঙ অমস্তুং রাখলগী। রুশিয়াদা লেনিন পোকপদগী লৌমী শিল্পী অমস্তুং লৈত-লাবরা মীয়ামগী ওইবা শাসন অমস্তুং সমাজ লিংখৎপা ওমগ্রিবনি। আমেরিকাদা জর্জ রাশিংটন পোক্লম্বনা মীনাই ফুঙ্গা মুথৎপা ওমগ্রিবনি।

# ১১

খ্বাইরমবন্দ ময়ায়গী থোৌদোকস্তু অঙকপনি। কৈথেল মমুঙদা, মীস্তু য়াম্না তিনগ্রবা, পুলিশস্তু কৈথেল ঙাক্লিবনি হায়দুনা হঙৎ-হন্দা চঙ্ঙ্না মিকুপ নাঙ্গম য়েংদুনা লৈরি। ইখঙ খঙগৌদনা পাখঙ অনি তুংথ-মাঙথা তান্নরকই, চৎলিবা মীয়ামস্তু চপ-চপ লেপ্পুনা য়েংনৈ। তুংগী পাখঙদুনা মাঙগী পাখঙদুদা লামফু-লামফু ফুই, করিনো অশাংবা মঙ্গী অমনা পুথোক্কুনা কল্লী। মুপাত্তনা মকোক পায়ত্তুনা মরু লুক-থদুনা ফমথগ্রে, মহু ফাওবা ফুবা তোক্কে। মখঙদদি ঈ ঙাঙশং ঙ'ঙনা তারক্লে,— মকোক কায়রে। ফুরম্লবা মুপাদুদি করিস্তু থৌ-রা শাদনা হল্লা য়েংঙমদনা চৎগ্রে। মহাক্কা চৎগ্রবা মতুঙদা ভাবোক ময়ামদু চঙদুনা য়েংনৈ, পুলিশস্তু চঙশিল্লকই। ঐদি হায়কম খঙদে, তৌকম খঙদে, "করিনো তৌরিবসিবু" হায়বা য়াহ'না হকচাং পুম্নমক য়োম্লম্মী। মতুঙদা পুলিশনা অশোকপদু রিক্সোদা হাপকৎলগা বিট্রয়া নত্রগা হোসপিটালদয়া পুদুনা চৎখ্রে।

মতাঙ অসিদা য়াম্না হংনিঙঙাই ওইবা য়াহংদি,— মীওইবসি থৌনা য়াওত্রবয়া? করিগুম্বা লৈরগনা কদাইদা লোৎশিন্দুনা থম-গ্রবা? ফুরম্লগা চেনখ্রিবা মী অদুগী তা থৌনা লৈরত্রা, য়েংলিবশিং অদুগীদি লৈত্রবয়া? পুলিসকী মথৌনা-না করি? —মী ফুনবা হাং-নবা য়েংবা, হৌদোংনা ঙা চাবা য়েংউ হায়বগুম্না। অদু ওইরবদি মমাঙলৈগী অঙম-অঙম পাম্নবা হায়বদু তারক্লত্রা! অদুনদি হৌজিকী যুগ অসিদদি মতু শোঙ্ঙবা অমস্তুং অচুম্বা পামজবা প্রজাদি হিংবদা ওম্ফোক্লা য়াবা ভাযে। প্রজাগী মথৱায় অমস্তুং মপোং মরদ ঙাকপি-

শেনবিনবা কনাম্ন লৈরে। মরাল লৈজদবা লম্বী চৎপা মী অমবু ফুনিওভি হায়হুনা ফুদত্তুনা খনম্বদা বিচার তৌবিনবা লৈত্রবদি লৈবাক অত্থুদা আইম অমস্তুং থকশি-খাশি লৈরিত্রা?

,যুগ অসিগী মীয়োলশিং অসিদা পুক্লীঙগী থৌনাম্ন ইথ্রাও-য়াওদ-বগুম্না উয়ে। মী অমদা অয়ানবা থবক অমা তৌরগা মহুবু খিংনবদি হোৎনদনা কুম্মৈগুম্বা য়েংউরবদি অয়ানবা তৌরিবা মী অত্থুগী মথৌ খঙবা নত্রা? মরালগী মতিক চাবা চৈয়াক পীত্রবদি অয়ানবা তৌবা মী মশীং হেনগৎলকপা হায়বসি মশানা তাবা য়াকন্নি। মী ভরাবু মী অমদা ভম্বা হায়বসি ওইথোক্তবনি। মসিগী অশেংবা মরমদি মশাগী নত্তে হায়হুনা লায়থোকপননি। অসুম তৌবনা লৈবাক্কী অমসুং সমাজগী কয়া য়াম্না কায়বগে হায়বহুদি কনাম্ন খল্লদে। লম হেনবা মী অমবু ময়াম চক্তহুনা য়ায়কপা হায়বসি হৌনবীনি মত্রবদি লম হেনবা মশীং হেনগৎলকপা হায়বসি মশানা তাখা য়াকন্নি। অচুম্বা তৌবদা কিরিবা মীশিং অত্থুদি পুক্লীঙগী থৌনা য়াৎলবনি। মহাত্মা গান্ধীনা অচুম্বা অমস্তুং পুক্লীঙগী থৌনাতনা চাওরবা জাতি অমবু থুৎলায় অমত্তা য়াওদনা মায়থীবা পীবা ঙমখি। মীওইবগী খুাইদগী পাঙ্গল কনবা থুৎলায়দি পুক্লীঙগী থৌনানি। থাইনদি ঐথোয়গী ইপা ইপুশিং অসি থৌনা য়াম্না লৈ, মরিংজেল য়াম্না পাল্লি,— যাত্রা অমগা মী ভরাগা কোম্নবা ভম্মী হায়রৈ। হৌজিক্কী যাত্রাদি— হুরাল-লাম্নাদা, লুট পাট্টা, ওইদবা ভাংবদা নেশা চাবদা যাত্রা মিংথোল কংবা তাম্নরে। থাইনগী ইংলণ্ডগী যাত্রাশিংনা হুয়ানবা ডাকুশিংনা মুপী অঙাংশিংবু চিংহুনং, লম্বী-লমখাংদা ওং-নৈবা উয়গা কত্তবশিং অত্থুগী মথুত্তগী পাঙ্গল শোনবীশং অত্থুবু কন্নবা হোৎনবী। হৌজিক্কী যাত্রাশিংদি—মরাল লৈজদবী মুপীশিংবু কনবীবগী মহুত্তা খুদোংচাবা কংলবাদ— শাহিং চাবদোনা মশা কাওবা মচেৎ মচেৎ শেগায়হুনা চাথোকপিরি।

মী-শা চায়বা মীওইশিং অসিবু কয়ম্বা মতিকচাবা চৈয়াক

পীরবগে ? মুন্সিং নিংসি হুমনিদং ফাত্তনা থম্লগা লোইরে, মুপীদি লৈরাংনি, শান্নপেংনি হায়বদু চপ-চানা ওইহন্নবা হোৎনরি। মুপীগা মুপাগা অধিকার মান্নরে হায়বগী খোল্লাওদ মচি ময়া খুদিংগী লাও-নরি অদুগা অধিকার অদুবু ইকাই-খুম্নবা চৎপদি কনাস্থ য়াওদে। অদুনদি সমাজদা মুপীগী ফিভম মরা চেৎলে হায়বসি করম্না থাজগনি মুপীবুদি রাখল থেনবীনি হায়দুনা মতম পুম্নক্কা চঙবা মিৎয়েংনা য়েংবীরি, রাখল লৈবা বুদ্ধি চঙখোনবা মুপাশিংনা, মশাগী রাখল য়েংবীদনা, থম্মোয় মশক খঙবীদনা, কৈথেন্দা য়োনবা অপাম্বা পোৎ লাকপগুম, শয়ক্তা চৎপা অপাম্বা মুপী লান্নবদি, পাঙ্গল কনবনা অশোনববু নৈহৎপা হায়বদু ওইরোইদ্রা? মীগা মীগা তিন্নন লৈমিন্নবা য়াবা হায়বসি "মুংশিবা" হায়বা লীপুন অদুতনা পুনশিন্দুনা লৈমিন্নবা য়াবনি, মদুদি য়াওদনা ঈ-তোংগী হকচাংতবু পামদুনা লৈ-মিন্নবনা তুংকোইবা থক য়ারোই। অদুনা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা ঈথক ঈরাংগী রাখলনা নোংমা নোংমগী হেনগংলকপগা লোয়ননা ফিদম মাঙশিনক্রিবসিনি। মী পুম্নমক অসি ঈথক ঈরাং অমদা তাওখিবগুম তৌরে,— হৌজিক্কী মুংঙাইরগা লোইরে, হৌজিক্কী রাত্রগা লোইরে, খরা চারগা, খরা মুংঙাইরগা পেল্লে, তুংগীস্ত তুংগী থোকপা, হায়বা রাখল অসোমদা লোইনা হৎনখিবগুম তৌরে। পুন্সীসি চানবগী অমম্বং মুংঙাইনবগী হিংবগুম থন্নরে। Tenny·on গী Lotus Eaters শিংগ' চপ মান্নরে।

# ১২

হৌজিক্কী মহারোলশিংগী থবক থৌওং অসিনা তাক্লিংবদি, ময়েক শেংকাত্রবসু, সমাজদা অওনবা অমা পুরকপদি পাম্মী। মায়কৈ কদোমদা ওল্লকদগে হায়রবহুদি খঙনদে মরমদি হৌজিক মতম অসিমক 'ইজম' গীদমক অকনবা লাল থেংনরিবা মতম্লি, করম্বনা হেন্না কবগে হায়বহ খঙনত্রি। গান্ধীবাদসু ফবোং-মনীভঙি, সাম্যবাদসু ভাবদা ফজৈ, সমাজবাদসু তাবদা অহুম মনুংঙাই,— করম্বনা খ্বায়দগী ফরিবা পাওথোকপদা লাম্নরিবা অমসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তা চৃশিন্নগদগে হায়ব-হুনি খনবদা য়ম্না লুরিবা। গান্ধীজিগী মশুসু অরোইবদা সমাজ-বাদনি—থরা তপ্পা থোকচন্ত্রো। ঈ শারবা নহারোলশিংনা পাম্মী,— য়াম্না থুবা মওংদা পুরকপা। গান্ধীজীগী নীতিসু,— মীগী মরক্তা অথোই-অহেন মাইদবা সমাজ অমা পুবকপনি, ঐখোয়না হৌজিক পাম্লিবসু মহুমক্লি, অহুবু মহু পুরক্কবা পাম্বেদি মাম্নদবনি।

যুগ অসিগী ওাইওমত্রবা নহারোলশিংনা পাম্লিবদি আল্লাডিনগী থাউমৈনি, অহীং অমদা শয়ক পুম্নমক সনাগী ইঙ্গ শিংপনি। মরম অহুনা মখোয়না অথুবা অওনবা অমা পুরক্কবগীদমক মখোয়গী অহেমবা পাঙ্গল পুম্নমক শিজিন্নে, অফবা ফত্তবা হিরম কয়াদা। হৌজিকমক নহারোলশিংগী য়াম্না দরকার ওইরিবদি অশেংবা অমসুং অচুম্বা লম্বীদা লুচিংবা ওম্বা মীওইনি। হৌজিক্কী নহারোলশিংদি হিনাও শাবা য়াওত্রবা হিগুম্নবনি, লৈবাক অমা শেমগৎ-শাগৎপদা নহারোলগী থৌদাং য়াম্মী, মস্থরবা শরুদগী ফংনিঙঙাই লৈতে অনৌবা করিসু, অনৌবা শরুদা য়াওরি অনৌবা রাথল, পাঙ্গল। অনৌবা য়াইফবা সমাজ অমা শেম্বদা নহারোলগী থৌদাং য়াম্না লৈ। মমল য়াম্নবা নহারোলশিংবু লাম্না লমজীংবদি লমজীংবশিংগী মরাল ওইগনি

অময়োমদা অমুকস্তু মমল য়াম্লবা নহারোলনি হায়ত্থনা মখোয়না তৌরকপা পূন্নমক য়েংত্থনা লৈথোকপস্তু চুমদে। সমাজ অমা লৈবা, লৈবাক থুম্লীংত্থনা পানবা হায়বসি অচুম অরান কয়া য়েংশিন্নবনী। অরানবা কয়া মকোক্তগী চুমথোকহৌদ্রবদি- পুন্সী চুপ্পা লান্থুনা চংশিগনি। মমা মপানা মচাবু লান্না মুংশিবদগী চাউরবা কাওবদা হায়বা ইন্দবা লম হেনবা মী ওইথিবা য়াম্না উরে। লৈবাক্কী রায়েল থৌদা পুবা হায়বসি অময়োমদদি লৈবাক্কী মমা মপা হায়বত্থনি। অত্থনা প্রজা অমনা অরানবা তৌরকপদা অচুম অরানগী রায়েন তৌকখ থোকই। অচুম্বা বিচারগী মতুং ইন্না তারকপা রাই অত্থদি মী থুদীংমক্কা য়াকম থোকই। মীনা বিচার য়ানীঙলক্ত্রবা হুকুম ইন্নিঙলক্ত্রবদি অরানব; মওংগী বিচার অমস্তুং হুকুম ওইরক্লবা মতমদতনি। প্রজানা লৈবাক্কী চৈরাক থৌওইরক্ত্রবা অমস্তুং ইকাই থুম্নরক্ত্রবদি লৈবাক অত্থগী আইন অমস্তুং বিচার অত্থ শেংলক্কত্থনা তৌরক্লবনি।

সমাজগী নত্রগা লৈবাক্কী অওনবা পুরকপা হায়বসি নহারোলনি। নহারোলদা শক্তী পূন্নমক লৈ। লৈরিবা শক্তীশিং অত্থ মকম চানা শীজিন্নবা অমস্তুং শীজিন্নদবগী রাকমতনি। পাকিস্তানদা আয়ুবখাঁবু মরু লুকথহনখি নহারোম্না, রুসিয়াদা জারবু মক্ক ফুকখি নহারোম্না। কয়াদা কমগ্রবা নহারোনগী পাঙ্গলনো, মখোয়গী পাঙ্গল অমস্তুং রাখ্বল চুম্না শিজিন্নবননি। সমাজ সংস্কারদা নহারোলগী মতেং য়াম্না চঙতি। অত্থঙমত্থনা মখোয়গী অনৌবা লমচৎ, শাজৎ শেমগৎপদস্তু মখোয়গী রাখল অমস্তুং বুদ্ধী শীজিন্নফম থোকই। য়ু থকপা থিংবা মখোয়গী মথৌনি, ফুন-চৈনবা চেল্লাক চেনক্কোই, অসিনচিংবা সমাজদা অকাইবা ওইরিবা থবক কয়াসি থিংবস্তু নহারোলশিংগী মথৌনি। আইন্না থিংবা হায়বসিদি মপানথোংগী ওইবা থবক্নি, মশানা জ্ঞাণ তানা কন্দ্রে হায়না থিংজবত্থদি তুং কোইরবনি।

চিন লৈবাক কানিনা হাত্থনা লৈরম্লবা লৈবাক্কী। অত্থবু

মশানা যত্রে হায়বা খণ্ডজয়রূপদগী থিংখিবনা ঙসি কাওবা থক্লত্রিব-সিনি। মত্তবা থবক থিংবদি মশাত্তনা থিংজহনা থুংইদগী হেন্না যবা পাম্বেনি। মশানা মশাবু ঙাকথোকচবা নত্তনা লমচৎ শেংগৎপগী অতোপ্পা পাম্বে লৈতে। হৌজিক্কী নহারোল্লা ধর্ম্মগী লাইরিক পাদুনা, ঋষিগী ফিদম লৌহুনা লেনবা পুন্সীদি ওইথোক্লরোই হায়বমক য়াত্রংস্নু য়াম্না তাঙনা থোকপদি য়াই। ভারতকী সংস্কৃতিগী য়ুমফমদি বেদ, শাস্ত্র অমসুং অচুম্বনা ওইথ্রিবনি। মরম অদুনা লৈবাক অসিদা পোকখি,— ঋষি আরবিন্দ, বীবেকানন্দ, সঙ্করাচার্য্য, বুদ্ধ, মহাত্মা, গান্ধী। বৈজ্ঞানগী মথীদসু তোম্থখিবা নত্তে, সার জগদীশচন্দ্র বোষ য়মন কোইরালা কয়া'মা লৈরি। অসুম্না ঈশ্বরগী শক্তী য়াওরবা মীথোৎ মীহেল্লবা মীওইপোক কয়া পোকখ্রবা লৈবাক অসিনা মীগী ওইদবা মতৌ খরা ভমতুনা নোংম-নোংমগী অরুবা ঈচেল খাদোক্কুনা অনৈবা ইচেল্লোমদা চেনশিল্লম্বা অসি কনা য়ানীংগু'ই মশক্কি।

ঙসিগী নহারোনগী ফিদম্না হয়েংগী মীরোন্নগী ওইগদৌরিবনি হায়বসি ঐখোয়গী নহারোলশিংনা হকাউ-কাউবগুম তৌই। মসি-মক্লা ময়ম ওইদুনা অফ-ফত্তুগী য়াখল করিমতা তৌরুদনা মা'না মানা তৌনীংবা খবক্তা মনীংতম্না তৌনবিবনি। অফবা থবক তৌদুনা অফবা মিংচৎ তানশিনবদি মহাক্কীদা নত্তু। জাতিগী অমসুং লৈবাক্কী মিংচৎনি। নোংমতংগী থবক্লা পৃথিবী অসিদা লেঙদ্রবা মিংচৎ থনম্বা মী কয়াম্ল য়াওরি। নুপী মুন্নবগীদমক নত্রগা মিৎনা কন্না য়েংলম্মী হায়বগীদমক্তি থরায় থাদোকপা ঙম্মী, অদুগা মহাক্লা শিরগা লৈবাক্কী অমসুং জাতিগী য়াইফবা ওইগদবা অদুগুম্বা থবক অদুগীদমক্তি মথরাই থাদোক্কে খুনবা মী য়াম্না তাঙই। য়ু থক্লুগা হাংনরিবা, গুণদা ওইবদা হেন্না মানবা তাম্নবদগী শিনরিবা অসিনা লৈবাক্কী ওইবা মরমদা শিনরবদি নীঙশিং-ফুরানা মশীং লাকঙমদনা লৈরগনি। অদুবু কদাই মৈত্রবাক্তা, ঙসি কাওবদা অদুগুম্বা নীঙশিং-ফুরাগু অমত্তংবু লৈরব্রা? ঐখোয়না জাতিগী অংথোবনি হায়দুনা শ্রাদ্ধাঞ্জলী কংলিবশিসু নিংথৌগুম্বা নত্রগা অচম-অথৌ মত্তনা অচম্বা প্রজাগী মনুঙদদি কয়াবু য়াম্না মাওরিবগে!

# ১৩

হৌজিক্কী মণিপুরদা য়ুগী খোঙথাংসু অঙকপনি! লাল মতুংদগী হৌজিক কাওবদা হেনগৎলক্লিবা নেশা চাবগী মশীং ঈশিং ঈচাওগা চপ-মাইমে। হোটেল খুদিংগী য়ু য়োন্দবা লৈতে, লৈকাই খুদিংগী য়ু য়োনকম থম্মী, লৈশাবী মচা, মো, য়ু য়োনবনা শিনকম ওইবা মায়া লৈরি। মো, লৈশাবী কাওবা শরক্তা নেশানা ঙাওহনা চৎনরে. থানা-না কানরে। মতম অমদা হায়নরম্মী, সনা লৈবাক ইরৈবাক, হৌজিক থোনবা মারে— য়ু-রৈবাক। কম্মা হায়নরুরে লাই কাওবা গুর পান তৌনরম্মী, হায়রহনা খুদোংচাবা লৌমরক্লে। য়োনকমদা চত্তুনা থকপা নংনরক্তুহনা ময়ুমদা থরুং ওইনা থিল্লগা থরুরে। লিক্লী য়েপ্তুনা পুনরে, অকিসকী অহাঙবা মতমদা থোক্তুনা লমপাক্তা য়োংনরে, য়ুগী য়ু, মকম খুদিংগী য়ু ঙাওনরে য়ুদা অহল-অঙাং! পিক্লীবা অঙাংনা কবোক্কীদমক মমাগী শেনগাওদগী পৈশা হুরারে, য়ুগীদমক হুরারে। মাঙলে! মাঙলে! লৈবাক মাঙলে! পিক্লীবা অঙাং অমনা মমিৎ হেক পাংথোরকপদা য়ু ঙাওবা মপা অমা উরবদি মচাকসু তম্নুদনা হৈবকপা হায়বসি মশানা তাবা হাকম্মি। তশেংনা হায়বা তারবদি হৌজিক্কী নহারোমা য়ু থক্লীবসি মপা মপুনা কন্দনা তস্বীরকপনি হায়বা মাররবনি।

য়ু থকপা থিংবা হায়নগসি ভারত সরকারগীসু অপাম্বনি হায়রি। অহুবু ঐখোয়না অস্থুম য়েংবদাদি মদোমদা থরাব কয়া য়াওশিনবা উদে অমরোমদা মসি মায়মসু লুবা মতাং অমনি মরমদি আইনগী-না নত্রগা হুকুম্মা থবক অমা থিংবা হায়বসি মপাস্থোংগীনি, লুংগী ওইবা পুক্নীঙগী থোইনশিন পীরিবা শক্তি অহু থিংবা নত্রগা তস্বীহনা হৈনহনবা নত্রবদি মপানগী চৈথাক্লদি করিসু কায়রোই। মপাস্থোংগী থিংবা

য়াবা খবক্তি লম্বৈদা ঙাওহনা চৎপশিংহু কারগা লুপা। ৪০/৫০ অরি তৌবা, পীবা ভমদ্রগনা জেলদা মতম খরা খম্বনি। মসিগী মওং অসিদি কেক থোরকপগা অমুক অহুম মথকহ। য়েনবা য়াবগী হুকুম পীরবদি থকপা য়াবগী হুকুম পীগগা অক্ষা নত্রা? য় থকপা থিংবা তারবদি য়েলহন্দবনা খ্বায়দগী অফবা পান্থৈ ওইগনি। অমরোমদস্থ কাবা লাক্লিরবশিং অহুগা কাক্লিরবশিং অহুগা পুন্না কমহুনা থকমিন্নরবদি কনা-না কনাবু ফাগদৌরি। ঐখোয়গী মরু ওইবা অমনা খরদংবু অচৌবা ফম পান্নরবদি খক-চাবদা মরাঙ কায়বা হায়বসি তেক্তা মতৌরকই। শাশন অমু য়ুক কায়বদা অনৌবা অমা শেম্লম-দাটগী কেম্প তৌনবদা কাওবা য় য়েনবা হুকানশিংদি হৌনবা য়াওহৌই। ঐখোয়গীদি শাসনগী কোংকেন্দ্রা লৈরিবা মী অহুদগীনা চৌকিদার কাওবা চপ মান্নবা থকই,— কয়ম্না থিংগনি।

গান্ধীজিদি য় থকপ'স অস্তকী মতিক পামজরমদে মহুদি ভারত অসিনবু য় থক্তবা লৈবাক অমা ওইগনিবু হায়রবদি মহুগী মমল ওইনা লাইরিক হৈতবা লৈবাক অমা ওইজগে হায়রম্মী। গান্ধীজনা পামজরম্বহুগা ঐখোংনা তৌজিক উবিবসিপ'দ য়াম্না খেন্নথ্রে,— তৌজিকৌদি গান্ধী সেবকশিং অসিদ পশ্পগী লমজ্জং পীবগুম তৌরি। কনাগুম্বা অচৌ অশাংগী য়ুমদা নুমিদাংগী পার্টি তৌবা তারগদি হাম্নবা কোবেন লিকর রিকার্ড, নেশা কাবিইদা সহি তৌহলহৌবনা মরোল'মা, জ্ঞান তারকপদা নিংশিংলক্ক্লা শাউনিঙগনা কেজায় অমুক হন্দোকপ'দ য়াদবানিনা। চাক কৌনদা ষষ্ঠি পুজাদা য়াওদবা লৈতে নেশা। ষষ্ঠিদগী থকপা কৌঅবনিনা, নেশাসি ষষ্ঠিদগী অহুম কাবক্লবনি হায়বা য়ারে। ঐখোয়না চৌন্দদি শোল্লি,— গান্ধী; নেহরু, শাস্ত্রীজি, তৌখোরকপদি মখোয়না পায়দবা গু ক্তা, খুংকা চৈনগা য়ায়দবা হায়বহু ঐখোয়দি চপ চানা ওইরি।

মণিপুরদা হৌজিক য়ুগী ঈরাং য়াম্না কল্লি,— অহল্লোন নহারোল অমীমক য় প'মী, অহুনা থিংবগী থবকসু য়াম্না লুই। য়ারকদবা

অহম্ম মশাগী কিদম লৈতবনিন্না, নহারোম্না মরা লৌবিদে। নহারোলগী মনুঙদসু মরা চৎপা য়াবা মী য়াওদে, খজিক্কং মীনা মশক খঙনরকপদা মশানা লুথাক-কোমদা হেক্কা চোংথৈজে। অদুবু খবক্কী মায়কৈদদি নহারোলগী মতেং লৌদবা যাদে, নহারোলগী থৌনাদা অংংলোনগী বুদ্ধী হাপচিল্লবতদা থবক কযামরুম পাঙথোকপা ঙমগনি। ঐথোয়না হৌজিক পাম্ম', খোংকী পাম্বোম পানবা নহারোল, লৌশিংগী ঈফুং কংদবা নহারোল- মত্তুতদা হৌজিকী সমাজ অসিদা অওনবা মায়থোং অমা পুংকপা ঙম্‌গনি থাজে। নহারোলগী থৌনা পুম্নমক কান্নদবা হীরম কয়াদা শিজিন্নদুনা মাঙলিবসি কনবা চুম্বনি। শিথরক্কবা মরায় চায়থরক্কবা জাতি অমগী অনৌবা থরায় হাপ্পদি নহারোলনি। ঐখোয়গী নহারোলনা মায়কৈ অসোমদদি থরায় চঙদনা পরিক্ষা হালদা লাইরিক পুশিন্দুনা শিল্লগা মহুদা ওজামা ক্ষারগা, ওজাহুবু মতিক চাবা দণ্ডি পীরিবনি হায়দুনা পরিক্ষা হোলদা কিহনবা নত্ত্রলা লম্বী লমখাংদা ফুবিব্য-চৈবীবা আসনচিংবান। মসিমক্না মংম্ ঙাংদুনা নোংমা নোংমগী লাইরিক তম্বগী মমলসু হুন্থরক্লী অদুগা ওজ ওইরিবা মীওইশিংগী মগুণসু সমাজনা মশক খঙবীদবা হে জুল্লকই।

তশেংনা হায়রবদা হংসগী ঐখোযগী সমাজ অসি চনৌ-নৌনা অমুক শেমদোকপা তারবনি। এত্তাঙ অসিদা ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা স্নাহংদি কমানো অনৌবা কময়ানবিগদৌরিবসে? কনাবুনো ঐখোয়না থাজগদৌরিবসে? অহম্নোম্না, নহারোম্না? ঐখোয়গী সমাজ হৌজিক লমম্লুক্লি।

# ১৪

কুম অমগী শজিবু চৈয়াওবদা, মরুপ মপাং খয়গা লোয়ননা চৎলুই, হৈবোক লাইরেম্বী থুরুম্বা। মসিনা অহানবনি ঐনা হৈবোকচীং অমম্বুং কাঞ্চিপুর খোঙদারুবা। কবি কমলনা তাক্লম্বনি কাঞ্চিপুর, ওইহল্লম্বনি মৈতৈ সাহিত্যগী অথোইবা মচাক। কাঞ্চি লৈহাও লৈরেন মনম্না শীনগ্রবনি মৈত্রবাক, কাঞ্চি কোকিল শৈহেক্না নিনগ্রবনি হৈবোকচীং। অহুবু নোংমতবু খোয়াংলুদে,— লৈহাও লৈরেন মনম মন্নুগে কোকিল খোঞ্জেল তারুগে, কাঞ্চি লৈশোল বেংলুগে। উত্রিবা শককম্না হেন্না ফজবা, তাত্রিবা খোঞ্জেলনা হেন্না মুংশিবা হৌনশাম্নি। ঈচেল তপ্পবী চন্দ্রনদী তাবদদি মন্দাকিনীগা অক্নানি খল্লম্মী, ঙসিদি ঈরম কাংপিদবনরা নত্রগা ঈশিং ঈচাওবা পুরকপা লৈঙোয়না ফুঞ্জিনখিবনরা, নত্রগা মীশিং য়ামখৎলকপনা খোপচিন-খিবনরা,— পিক্রবা খোংবাল মরিল অমগুমত্রে, লৈখোঙ শোম্বীত্রবা লৈরাংগুম্নে। "শজিবুগী হৌগৎলকপদা হৈবোকচীংগী দৃশ্যদি পুক্নীং হুনবগী মশক্নী··· ···।" কদাই ঙসিস্থ লৈরিবরা দৃশ্যহু, লৈরিত্রা হৈবোক লাইরেম্বী, বীরেন্দ্র সিংহগী ইগী য়ুম মচা, কাঞ্চিগী লম্বী অথুবদা ককচেং চৎপগুম উখিবা হৈজিংপোৎকী মী পরেং ·········
পূম্নমক কদাইদা!

হৈবোক চীংখোঙদা লৈরম্মী মহাদেবগী মন্দির মচা অমা, ভক্তশিংনা থোগম্লম্মী চীংউ মহাদেবগী থৌনি ইশৈ কয়া, য়েংবদা, তাবদা, নীঙথি চীংউ মশামক্না থোজানবিগনি। পামজবনি ঐদি, কবিগী কাঞ্চিপুর অহুমক, অহুবু মতমগী খোংচত্তি কনা-না থিংবা ঙমগনি। অঙকপনি মীওইবগী চাওখৎলকপগী সভ্যতা অমত্তং খুংশেমগী হৈ-লিংবা, মহৌশাগী অশূকপা উমং কয়া মাংহন্দুনা কজরবা ফুড়া দগাল

খুদা শাগৎলকই, অথুবা লম্বী কয়া পাকথোকহল্লি। অতুবু পূম্নমক মাঙথ্রবস্তু, মকম খরদা কাক্ষিগী অশূকপদি লৈরি।

ময়াম্ন লম্বীদগী হেক হাইজিল্লকপগা কাক্ষিপুর বেসিক ত্রেনিং ইন্সটিট্যুট থনম্লগা হৈবোকচীং য়োনা চংথ্রিবা লম্বীদু খনা নিংথিনা শুকই, মী চঙ্গদি নংস্তু, নাকল অনীদা উপাল রাপাল হোই, মরক মরক্তা মুম মচা মচা কয়া'মস্তু তা'র, য়েংবদা থোইদোক্না পূক্নীং চুই অতুবু মকম অসিমক "কোচিন" হায়রকু ওইরমগদ্রা। হায়বগী অকিবস্তু পোকই। লম্বীনা খুদিবা অমস্তুং শূক্লিবা মতৌ অদু উবদা থারনা লম্বী চংপা মীশিংগী মপোৎ-মচৈ মুল্লি হায়রকুস্তু খাজদবা ওমদে অতুবু শূকথ্রবা হৈবোকী লোকমুওদা মাধবীগুম্বী মুপীমচা অমনা মতোমতা লৈরম্মী হায়বসি থোইদোক্নদি চি'নিওঙাইনি। অতুবু পূম্নমক সাহিত্যগী মচাক্লি,— অওইবা, অশেংবা, ফজবা, ওাক্তা খল্লবদি সাহিত্য কর্ম্না থোরক্লমগনি। সাহিত্যদি কবিগী কল্পনা-না মকনি, মতুদা ফংগনি অওইবা, অশেংবা, ফজবা। খুরবা লম্বী, অসিদা মহাদেব খুকুম্মুবগী লৈশাবী মচা অমা'নিস্তু পাইহক্তা সিন্দুর নম্লকুনা হল্লক্লি, সাইকল তো'বী অমা'নিস্তু চৎলি মহাদেব খুরুম্বা, মখোয়গীদমক মুংশা থীদবা ওমদে,— অচিকপা অমস্তুং অশোংবা নাক'সিদা,— উরিবৈবু ভুবনগী কাওবুনা চিংশিনবিথ্রবদি। হৌজিক-মবস্তু কাক্ষিপুরদা অওকপা থোদোক মরক-মরক্তা থোক্তবা নস্ত্রে।

লৈকং থম্বাল শাংশিবা রসমন্দল পুং'থ্র. ওসিস্তু লৈরি লেওদনা। কায়খিবা যুড্ডাগী শাম্নবা মমি, সন-থোঙগী তোংশা য়াওস্রবা শক, উকরগা নিওশিংদবা ওমদে, মতম অমগী লাংথবাল সনা কোমুং। নেম-নেম্নবা চীংথক্তা তক্ত-তকবা মন্দির, অকোয়বদা হৈরাং-লৈরাং, য়েংঙ্গা নিওশিংহল্লি, থোদোক পরেং কয়া। ওমগী লমদমদা তাওনা ফংলবা চীংমুওগী ফজবনা লমদম অসিবু অমুক্তা হেম্না পূক্নিং শুমহৎহল্লি। নাহকী লৈরাং কয়ানা শাংলি মনিও ওমজনা, তমগী থোইমু পাইংকনি হায়বগী চিংনবা লৈতনা। চীংমায়-

দগী শরুকপা মঙ্গেন-তাগী হৈনে, তাবদা থম্মোয় ঈংলবা, খুন্নক্কী মুঙ্গাশিংগী হরাও মিনোক চন্নবা থম্মোয়গী যাৱা, গুনিদাংরাইমেগী মতমদা খুঙ্গাগী ইপা ইপনশিংগী হরিসংকীর্তনগী খোঞ্জেল, মকম অসিদা শুনা লৈরি। খুংগেম অমস্তু মহৌশা, অনিগী তিন্নফম লৈরি, ঐখোয়গীসু কাঞ্চিপুর।

হৌজবা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী মমিদি, লৈহৌরিবা অরিবা পোৎ অমসুং খুভমশিং অসিনি। মখোয়শিং অসিবু মাঙত্রবদি জাতি অমগী মথং মথং ওইনা লেপ্তুনা চেন্থরক্লিবা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতিগী ঈচেল মরক্তা তংখিবা শোয়দবনি। মৈতৈ অকল-অথৌ অমসুং রাজর্ষি কয়াগী খুভম অস্তম অস্তম মাংশিনক্লবদি লৌনা হৌরক্লিবা নহারোলশিংদা করিনা নিঙশিং খুদম পীগনি।

অরিববু যোকখৎপা, অনৌববু শেমগৎপা হায়বসি মীওইবা জাতিগী হৌন-শাজংনি। অরিবদগী লৌহৌই মরু, অনৌবা পাম্বী থাববা, পাম্বীসিনা মপুং মরৈ ফারক্লবা মতমদা মশা মরেং ফন্না শন্দোকখ্রিবনি,। মায়কৈ মরিদা। হোংলকপা মতম খোংলৈ তুংইন্না পাম্বীগী মশক মওং খরদি হেন্নবা য়াই অতুবু মরুদি লৌশিনহৌদবা য়াদবনি। অরিবা সভ্যতাগীদমক চাওথোকচরিবনি গ্রিস অমসুং রোমনা, ঐখোয়সু চাওথোকচরিবনি ঐখোয়গী লৈজরিবা থাংনগী লোনচৎ-শাজং কয়াগীদমক। "থাইনগী লৈরাং অমনবা মল্ল মল্ল লৈরুরেশি" লৈরি মায়কৈ খুদিংদা। অমনবা লৈরাং থিরগা অনৌবা লৈনম হাপ্তুনা মপুং মরৈ কানা শাংকা'হনবদি কবি লেখকশিংগী মথৌনি। থিজিনবা য়েংশিনবা রাংলবদি মমল য়াম্না মনি কয়া অরেম্বদা ভানবা তাবদি।

# ১৫

অনিশুবা লাঙ্গাওদা বোম হৈথরকপসি অমুক্কী মতিক কিখ্রে, মতুদি মণিপুরসিদা ঐগী লৈফম মচেং অমকাওবা লৈখিদ্রে, লৈকনা মফম থাদিদা বোম থাদরক্কদৌবোইদা মনীগুণি। মম অতুদগী ঐগাক কাছারয়োমদা কোয়বা ওইনা অতুম চৎলে। মতম অতুদদি ডিমাপুর লম্বীসি সিভিলিয়ান চৎপা য়াদে, অতুনা সিভিলিয়ান পূম্নমক কাছার রোডতা চৎনরম্মী। ঐস্ন লম্বী অদোমদা চৎপা তারম্মী। মমাঙৈগদগী গৌনা লম্বী অসিবু তোংজৈ মরিল হায়না খঙনরকই। মমিগ অসি থোনখিবগী তাংদাংবা মরম খঙদ্রবস্তু অস্তুম্না ওইরম্বা য়াই, মতুদি লম্বিস য়াম্না পাক্কে, চৌংলক্কা হুত্তুনা চৎলি, তোংজৈগী মারপগুম্না য়াম্না থুই হায়দুনা তোংজৈ মরিল থোনখিবা ওইরম্বা য়াই। অপিকপা অথুবা লম্বী ওইজতুনস্তু লাল মনুঙ অসিদদি লম্বীসি খ্বায়দগী হেন্না থৌ-চিনব লম্বী অমা ওইখি।

মণিপুর-ডিমাপুর লম্বী থিংখিবদগী, লাল মনুঙ অসিদদি লল্লোন ইতিক অমস্তুং তীর্থ চৎপগী লম্বী মসিনা ওইখি। মণিপুরদগী চৎখিবা মীস্তু নম্বো থাবো অমমম অসোমদগী থোরকপা মীস্তু অদুমগুম্ লম্বীসি তশেংনা হায়রবদা লাইফ- লাইন্নি। অতুবু চৌং কাহুন্না চৎলি হায়বগী থোয়দোকপা অরাবদি ফাওদে মরমদি চৌংখোঙদা লৈনা-লৈনা কাথিবমিনা, অঙাং মচা অমাকাওবা অতুম চৎপা ঙম্মী। তোংজৈ মরিলগী কাফমদি লমমাংদোং কৈথেল য়োফাত্রিইঙদা হৌজিকসক প্রাইমারী হেল্থ সেণ্টর লৈরিবা চৌংগোঙ মচাহুগী চৌংখোঙদা হায়জিনপ্রিবা লম্বী মচাহুদা কাখংখিবনি। লম্বীসি ঙসি ঙরাংদগী নত্তে নিংথৌরোল হাক্কক কয়াদগী লৈরক্লবনি। মতম অতুদা খরা রানরম্লবস্তু হৌজিক্কি জীপনা তুংবা ফাওবা চৎপা য়ারে, নিউ কাছার রোড

অসি শেম্বদগীদি জিন্নী কাওবা বসনা চৎপা ম্নাম্নবন্নিনা মণিপুরগা কাছারগা কাওনবা খুদোং চান্নে।

চীংখোঙদগী লৈনা কাখৎখিবনা ইহান হানবা থেংনবা খ্বাইদগী ম্নাংবা চীংদোম্মু লাই-মতোন চীংনি, মতুদগী কুমথরকপদা, লৈরমগনি খন্দবা, লৈতেম মান্নবা থেন অমা মতুনি খোঁপুম তমপাক হায়ন্নিবসি। মকম অসিদা তান্নিবা মীশিংদি চীং-মী ঙাক্তনি। খোঁপুম তমপাক, তমপাক্কী লম ওইরম্লবদি অস্তুক ম্নাম্না পুক্নীং হুনা ফজরমদবস্থু য়াবনি অদুবু লৈতেম মান্নবা লম মচেৎ অমকাওবা উবা ফংদবা চীংলক অসিদা অশংবা তিংথৌমা করাংজি থাবা লম মচেৎ অমতং লৈরম্ব-সিদি ওইদবা ইঙ্খোলদা থাজদবা পাম্বী থারম্মী হায়বগুম্বনি। মতম অদুমক্তি য়েন্নিঙ-থা ওইরেমাল্লে, তমপাক্তু পুমশং শংই, চীংমাইদুনা অনৌবা শীংনাংনা পুময়োম য়োম্মী। চাক্লবা ম্নুংশা মৈরিদুদা অশংবগী ঈংলবা মচু অদু উবদি পুক্নীং হকচাং পুম্বা পুমঈং ঈংব-গুম্মী। তহোইননা চীংথক্তগী হুমথরকপা মেঙলবা ম্নুংশিংনা য়্যৈবদা চোকথরবা হকচাংসি ভেকখৎহল্লে। মতম অসিমক্তি লাল মন্নুঙনিনা ফজরবা থেন অদুদা শঙ-শাং পরেং অনি অন্তুমস্থু লৈরি মদুদা খচংস্থু পরেং শানা লৈরি। অশংবা লবুক্তা শজি শঙাইনা ফন-ফন চোংদুনা শান্নবদি য়েংবদা মিংকী কুম্মৈনি ওদুগা ফজরবা অশংবা করাংজি অসিগী মথক্তা অরাউবা খচর পরেং কেম্প্রাদি কয়াদি পক-চখিদ্রে।

মণিপুরগী ইতিহাসকা মরী লৈনরবা খোঁপুম তমপাক্নি। হায়নৈ, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুর থাদোক্তুনা তেখাওদা সনা খোঙ-লেঙবদা খোঁপুম তমপাক্তা পোত্থাখি, অশেংবা মৈতৈ নিংথৌনি হায়রবা খঙনন-বগীদমক থৌদনুংদা সনা খোঙনা নেৎপগী খুদম থনম্মী। অদুবু কাওজনখীরবা ঐখোয়না লমদম অসিবু ঐখোয়গীনি হায়না খক খল্লুদে, মীরম ওইনা খল্লি, মসিগী মরমস্থু লৈতবদি নত্তে,—ঐখোয়গী চখোক-চৎশিনগী খুদোংচাবা ফংদবা হায়বদি লম্বী খোং নিংথিনা

লৈতবদগী লমদম অসোমদা চৎথোক-চৎশিন তৌবসি থরা মরাংলি। লম্বী থোংগী খুদোং চাবসি কংলবদি মী অমাম্বনা চুম্মতগী লম য়েংবতা চৎলবস্থু লমদম অসিগা শকথঙ মায়-খঙনগদবনি। অদুবু চৌজিক্কি মমাঙডৈগী মতম অদু মক্রে খৌপুম তম্পাক মশক খঙনরক্লে, মমৈথঙ-দদি কবি কমলগী কাঞ্চিপুরগুম খৌপুম তম্পাকস্থু মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা শরুক অমা য়ারবা য়ারি।

তোংবৈ মরীনগী লমদম অসোমদা শিলংগী বিদন, এপি ফেন্টরগী তাদবা ঈশিং চাইবী কয়াস্থু লৈরি। চিংখক্কুগী কুম্বী কালেন নাইদনা থাক-থাক নাইনা চেন্থরকপা ঈশিংগী ঈরাংখোন্তা তাবদা থম্মোয় নিকই, থরা লাপুক তৌনা য়েংবদা চেন্থরক্লিবা ঈশিংনা ঐবু কুপখিগদোগুম থল্লি। ফনা নিংথিনা কঞ্জে, শাফু কন্না চেন্থরক্লিবা ঈশিংনা য়েঙলবা নুমিৎকী মঙাল্লা য়ৈবদা পূমলং লংনা উই। মতম অদুদা ঐনা খনখিদবা ঙমদে, করিগীদমক অসিগুম্বা ঈশিং চাইবী অসিবু মৈতৈ কবিশিংনা য়ে লমবদনো!

থল্লি, চিংগোনসি শা-কৈগী মকোল্লি, মী লৈরম্মে ই। অদুবু অঙকপনি! য়াংলবা চীংদোন অসদা লৈরম্মী চিং-মীশিং। অহানবা উবমক্তুদা অকিবা পোকই পুক্নীঙদা,— করিবু তৌরক্কদবনো! য়ারী শানরবা মতুংদদি মখোয়স্থু থম্মোয় পানবা মী ওইরম্মে। ঐখোয়গী চান-থক্লবা পোৎ পুম্নমক মমল পীরগা মখোয়দগী লৌবা য়ারম্মী। মখোয়গা ঐখোয়গা নিংথিনা য়ারী শামিন্নবা য়াই, চীং-মী অমস্থং তম-মীগী থোইদোক্লা খেন্নবা উদে, পুকচেল থোইজেল মান্নবগী মওং মাল্লি। চীংদোন খুদিংদা অস্নুম্না চীং মী তোংহুনা লৈরম্বা উংদা নিংশিংলকখি,— চীংনা কোয়না পনশাবা চীংমীনা কোয়না পন[illegible]কপা মণিপুর সনা লৈবাক্লি।

তোঙানবা জাতি লৈমিন্নবগী মথক্তা অমত্তা ওইনা· পুনশিন্ন-রকপা হায়বসি থোইদোক্লা অরায়বা থবক্তি নত্তে। মসি পুররুবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং কয়ামকম চঙডি, কডলুপ খুদিংমক্তা

মীওইশিংনা চপ মান্ননা ভাব তাামন্নবা তাবনি, পূম্নমক মবম অসিগীদমক চপ মান্ননা নোম্নিন্নবা অমস্তুং খনমিন্নবা তাবনি। ফিজেৎ চাকচা মান্নবা, য়ুমলৈ-কৈরৈ মান্নবা হায়বসিস্তু জাতিগী একতা পুরক্লবগী মরু ওইবা হীরম অমদি ওই অস্থুবু খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইরিবদি পুকচেল খোইজেল মান্নবা অমস্তুং রাথল মান্নবনি। ঐগী ঐগী হায়বা মশাগী ওইবা তোঙানবা রাথল অসি য়ারিবমথৈ থাদোক্লরগা জাতিগী ওইনা পূন্না খনমিন্নব ৎম্লবতদা জাতিগী একতা পুরকপা ঙম্মি।

হৌজিমক্কী মতম অসিদদি মৈত্রবাক্তা লৈমিন্নরিবা চীং-মী অমস্তুং তম-মী অনীগী মন্নুঙদা চাৱো-মোরোনবা অমস্তুং ফিজেৎ চাকচা তিন্নবসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলাক্ল হাযবা য়ারি। মসি মমাংলৈঙদস্তু লৈরমদবদি নত্তে, চীং-মী অমগা তম-মী অমগা মরুপ ওইনবগী মরী অমস্তুং নুংশিনবসি অস্তুকী মতিক কল্লম্মী মথুদি— চীং-মী অমনা তমদা কুম্লকপা মতমদা, 'ইতাও' গী নত্রগা 'ইতা' গী হাংথুনা মাগী ঈশ্বোলদা তৌবা পোং থরা য়োমথুনা পুরকপা হায়বসি শোয়দবনি। অদুগা তম-মীনস্তু চীংদা চৎপা মতমদা তমগী পোং থরা য়োমথুনা পুবা হায়বসি শোয়দনা তৌরবনি। অস্তুম্না চীংবুম্নোই তম্বুরোই অনীনা পুকচেল খোইজেল অমত্তা ওইনা, মপানগী য়েক্লবনা লাল তারক্লবা ফাওবনা পূম্ন মৈত্রবাক্তপু ঙাক্লম্মী।

হৌজিক্কী মতমদা ফিজেৎ-চাকচাদা মান্নবগী মওং কন্না লৈজন্নস্তু রাথন্দা মমাংলৈংগুম্না অমত্তা ওইবগী রাথল হায়বদি চীংবুম্নোই-তম্বুরোই ঐখোয় পূম্নমক অমতম্ন হায়বা রাথল অসি খনবা ঙম্লিব্রা হায়বসিনি মরু ওইরিবা রাকমদি। মসিবু ঐখোয়না ইমোসনেল ইন্টিগ্রেশন কৌই। মপান্থেংগী একতা কনা মাম্না লৈহুনস্তু 'ম্নুং'গী একতা লৈত্রবদি একতাগী অর্থ থোক্কে। মতাঙ অসিদা জাতি মচা নত্রগা কাঙলুপ মচাশিংনা চিংনজবা থরা লৈ মথুদি অচৌবা কাঙলুপকা মখোয়গা তিন্নরুম্নগা মখোয়গী মশাগী ওইজবা পূম্নমক

হায়রবদি তোপ-তোপ্পা শককম অহৌ মাঙখিগদ্রা! তশেংবমক্তি মসি অরানবা রাখল্লি, খুদম ওইনা হায়ররবদা ঐখোয়গী ভারত অসি জাতি কয়ামরুম্না খুন্দারিবা উপ-মহাদেশ অমনি, মসিগী মনুঙদা অচৌবা অমসুং অপিকপা জাতি কয়ামরুম য়াওরি। অদুবু জাতি অচৌবা অমসুং মচা পুন্নমক মাগী মাগী জাতিগী মশক অমত্তা মাঙনদে। অদুনা ইন্টিগ্রেশন-না পাম্লিবদি মাগী মাগী জাতিগী নত্রগা কাঙলুপকী মশক মাঙহন্দনা 'মুং' গী একতা থম্বনি।

অচৌবা কাঙলুপকা তিন্নরুরগা কাঙলুপ মচাগী খুদোংচাবা মাঙখিবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। মরমদি গণতন্ত্রবু কজনা ইকাই-খুমননা চংলিবা লৈবাক অমনা কাঙলুপকী ওইবা স্বার্থ মাঙহনবা হায়বসি কৈদৌঙৈদসু তৌরোই, তৌসু ত্তৌনদে। লৈবাক অমদা পুন্না খুন্নামিন্নরিবা কাঙলুপশিংনা তোঙান তোঙানবা রাখল থন্নরবদি য়েকনবনা খুদোং চাবা পৌথিবা হায়বনি মশানা তাঙ্গরবা রাকল্লি।

ঐখোয়গী লৈবাক অসিনা হৌজিক পাম্লিবদি লোনগী, ফিজেংকী লৈকমগী থেন্নবা পুন্নমক থাদোক্লগা ঐখোয় লৈবাক অসিদা পোকপনি, লৈবাক অসিদা চাউবনি, লৈবাক অসিগী প্রজানি, লৈবাক অসিবু অশোয় অঙাম কয় দগী কনগদবনি হায়রবা রাখল অসি পুন্না থনমিন্নবনি। ঐখোয়গী লৈবাকী চাওথং থৌরাং পুন্নমকসু ঐখোয় পুন্না চঙমিন্নগদবনি। তোখাই তানিঙবগী রাখল্লা লৈবাকী ওইনা অকবা অমত্তা পুরক্লোই হায়বসিসু ঐখোয়না খঙবা চুম্বনি। জাতি অমা মপুং ময়েৈ ফানা শেমগৎপদা জাতিগী একতা হায়বসি চঙদবা য়াত্রবা মচাক অমনি। মরমদি হৌজিকী পৃথিবী অসিদি অচৌবা নাকখুনবা লৈবাকশিংনা লাইরবা অমসুং মপাঙ্গল শোনবা লৈবাকশিংবু উমশিল্লগে হায়দুনা মম্না কাথোকুনা [illegible] অসি-গুম্বা মতম অসিদা ঐখোয়না তোঙান তারবদি [illegible] নত্তুনা করিব ওইরোই




